# শাইয়োন শাফবা

## (শকুন্তলাংবা)



শ্রীহাওবম তোম্বা সিংহ

লাইক্লক
অহানবা
ডিপার্ট-
সিগীদমক
...
া নৈকলা
: নক্বিমা
হম্না বা

গী মনুংদা
জগনি—

লাইরিকলিগী ওইকম থোকপা হক পূরকক অইকগীনি। মমল লুপা ৩ ওনি।

অকোঙবা :— অইবা মশাবক।

অহানবা শাপ্নোন—১৯৬৫

আইবিক মশীং ১১০০





ফংফম

ন্যাসনেল বুক ষ্টোরস্‌

পাউনা বাজার, ইম্ফাল

অদুগা

অতৈ অতৈ লাইব্রিক য়োনফম পুম্নমক।



কনাগুম্বনা শকম্লাংহনা শাম্নবিগে হায়রবদি অইবগী বা লৌবিগদবনি।

নমম :—বীণা প্রিন্টিং বার্কস ইম্ফাল।

# থাগচ্চবা

লাইরিক অসী হৌং কুমজা ১৯৫৬ তা ইজবনি। লাইরিক অসিগী মতম কুইনা ফোঙবা ঙমদদুনা লৈজরুরে। মসিগী অহানবা শাইরোন থোকরবকীদমক মণিপুর গবর্ণমেন্টকী এডুকেশন ডিপার্ট-মেন্টনা চানবিদুনা হন্দক্ লুপা ২৫০৲ দং তেংবাংবিরকই মসিগীদমক ডিপার্টমেন্টতা অসীবু থবায় হকচাং য়াওনা থাগচ্চরি।

শ্রীযুক্ত হিজম বিজয় সিংহ, সাহিত্য সুধাকর, মাইকুনা লৈরেনা হকপু-মায়পুবিদুনা লাইরিক অসী বীণা প্রিন্টিং ৱার্কসতা নমিদুনা শাইরোন অসী থোকহনবিবগীদমক পুকচেল চাউবা অসীবু হন্না হন্না থাগচ্চরি।

লাইরিক অসী পাবিরবা ইবুংঙো ইবেম্মাশিংনা মসিগী মনুংদা অয়ান-অছই থেংনবিদুনা তাকপিরক্লবদি য়াম্না নুংঙাইজগনি— তাকপিবা মতুং ইন্না মতুংগী শাইরোন্দা চুমথোকচগনি।

ইম্ফাল,

তাং ২৪।৬।৬৫ ইং

ঐহৈবা—

# শাইয়োন শাফবা

## শক্তম্নাংবদা চঙ্‌বা মীকোক

**নীপা—**

১। মিংলেম্বা — — খূমনগী নিংথৌ
২। কাকপা — — খূমনগী রাজোল নিংথৌ।
৩। মোংয়াংনহা তেনশূবা — খূমন নিংথৌগী মনাও।
৪। মেঙ্গুনহা (শাইয়োন শাফবা) — মোংয়াং নহাগী মপারী।
৫। ঙাঙোইলেম্বা — — মোইরাংগী নিংথৌ।
৬। নোংথোল — — মোইরাংগী অঙম্বা।
৭। তোনাবা — — মোইরাংগী নিঙোল লাকপা।
৮। পেবেং — — তোনাবগী মনাই।
৯। শঙ্‌লাকপা -- — মোইরাংগী অঙম্বা।
১০। তুমু নিংথৌ — — তুমুগী নিংথৌ।
১১। থীবো -- — তুমুগী অঙম্বা।
১২। (১) খূমনগী লাম্মী খরা (২) মোইরাং নিংথৌগী মনাই অদুগা খোম্বনচিংবা লাম্মী খরা (৩) কবো লাম্মী খরা।

**নুপী—**

১। ঙাঙোইলেম্বী — নোংথোম্বগী মমোম্নোয়।
২। থারিকথা — ঙাঙোইলেম্বী মতা (লুখ্রা মচা অমা)



# কচ্চরি

## মৈতৈ-লৈমদা।

ময়ল লৈবা নচাগী য়াইপুরবা থূদোল্লা
নঙ্গী লনগৈ পূম্নমক
চোল্ল'মতম অসীদা
কয়ম্লোনে ইমা-ও! কমদোঁদোনো থঙত্রেদা
লাইয়রবা নচাগী
লাইয়-থূদোন অসীদি।
মীঙোন্দদি হুন্দোকখাক ঐঙোন্দদি তম্ফা-য়াই
তাশীন-খোমজীন-শেল্ল'ফাও
মিতম লাকপা য়াদনা
ফাবুন ওইনা পুল্লবা শক-ওঙ্ তাত্রবনিদো।
নঙ্গী ওইনা থম্বদা
নমায় থূনি থন্দুনা
লৌবিনীংলোই মথঙ্জৈ কচ্চনীংনা মকচ্চৈ।
কৈস্থু সুংশাথীবিস্নু
পাম্মু পাম্মু পায়ম্নিবা,
য়াইপুরবা ময়ক্তা চনশিনবিয়ু হায়দেদা।
কোকফাই সুজা কাহুনা
পংস্থা মাঙ্ত্রি ফাওদদি
নঙ্গী পুকৈ লনগৈগী শূন্না মন্বা কাচিন্দা
শাইদাংজস্নু কংপনি
নঙ্গী শাইয়োন শাকবা।

—অইবা

# শাইয়োন শাফবা

অহানবা মশীং

১বা উংপা

থূমন লৈপাক

মফম -- তোর্ব্বান।

মতম—অয়ুক অঙনবা।

তৌ, শীংনাঙ্, শীঙভূৎ অমদি হন্স্রুনা পাক্লা তাম্না হৌরবা মকম্নি। মোংয়াংনহা তেনশুবনা মাগী খোঙ্লোয় খবগা লোয়নবা মফম অসিদা লোত্তুনা লৈ। মপারী মেন্সুনহানা মফম-সিদগী থাপ্তুরা তুরেনগী তোর্ব্বান্দা খুরুখুদক কুন্দুনা মথুৎ অনী লোম্নবা তরং তরং হুন্দোক্লক্লিবা য়োয়মল্লাই অঙানবৰু খুরুমজরি।

মেন্সুনহা— পশোংকী নাউয়োমফি হোংদুনা

সনাগী ফিগেনা য়োমদুনা

মথাদা নুংশিনা কোল্লিবা,

মপারী য়োয়ময়াই অঙানবা,

য়াকায়রে মহৌশা লৈমনা

নুংশিবা য়াকায়রোল শক্তুনা।

পলেমগী য়াকায়রোল তাবদা
হৃয়াওনা মোমোন্দুম নোক্তুনা
সনাগী মহীরেল্লক্তগী
লাইরেন্দি লাবদো য়াওল্লে।
নোংমদোল মকোয়রেল কোইনবা,
মালেমদি লৈকোয়বূং কোম্নবা
কোরৌবু কোইরিবা কোয়রেল্লাই
হূইথোদি লাবসে চীক্ষেঙলে।
অহীংবা সনাগী মহানা
ফুদোঙলে নোংপোকফম চাংখৈসে।
পাল্লবা শংবানবা ফিজঙ্‌দা
সনাগী চাদম্বি-রল্লিবা
য়াংদৌদি লাব-ও য়োয়ময়াই,
নহাকপু করম্বা পোৎশক্লো?
মহৌশা লৈমগী থবাক্তা
থাবূম্বু চোঞ্জনা থোল্লিবা
ক্যাম্লীকফাং পরেংগী লীক্‌হেল্লো।
নত্রেগা তাইবংপাল শেম্বিবা,
মপুগী লাইবক্তা থাম্লিবা,
পাম্নয়াই-হিংনয়াই-চেল্লবা
তম্ফায়াই হায়বদো নহাক্লা?
খঙ্জরে নহাকসে ইমীংনা

শংশংনা উজবা খোয়ুম্নি।
কুবিয়ু, চানবিয়ু ননাইবু
ঙসিগী অকনবা লানফমদা
হে মালেম ঙাল্লিবা য়োম্নময়াই!
ননাইগী লাঙ্গিনবু থংবিয়ু।

(খুরুম্মী—অথাপ্পদা মীয়াম্না "হাংলো হাংলো" হায়রন। লাউনরকই—মেন্সুনহা থাঙ শত্তুনা কোয়েং য়েংই—মতুংলোমদা মাবু পোকপা পন্থৌ মোংয়াংনহা তেনশুবনা ইফিং-ফিংনা কৌদুনা চেল্লকই)

মোংয়াংনহা— পারী মেন্সু নিংথৌবা,
অদোম নঙবু তাবয়া! (চেন্‌শিল্লকই)

মেন্সুনহা—তাকপিয়ুদা অপোকপা,
মপায় শরি ঙাকপদা
য়াইবি মাঙবা ঙম্নবা
মেন্সুনহা নৈজরে।

মোংয়াংনহা— পারী মেন্সু নহাকপু
নিঙঙাইদবা তৌরমু
লাঙ্গেন-মাংওইনখয়ো!
য়েরুবগী লাশ্মীনা
ইপা-ইচা অনীবু

ঈচল ভাগুম লাঙ্গোই-চল
ঈথোরক্লে লক্পবা !

মেন্সুনহা— নত্তে নত্তে অপোকপা,
নপারীনা ভমজরোই।
নমাঙ্ থানা পম্থোগী
য়াইবি মাঙ্বা ভমজবা
পীনবিয়ু নচাবু।

মোংয়াংনহা— নত্তে, মাহু ভয়রোই।
মোংয়াংনহা তেনশুনা
মীরম্লেন্দা পাল্লিনৈ—
মপুকথোকগী মচাবু
য়েক্পবগী মথুত্তা
খম্নুং লৌশাং শীংহনবা,
নবুক লিনগোইম্নুংহুদা
মমি ফাওবা লাকলমু।

মেন্সুনহা— ইপা 'বুংঙে' অপোকপা,
অরেম্বদা লাঙেভানবা
নচাই লাঙেভান নত্তেনে।
পলেম পম্থো অনীগী
লম্মন নমদাইনবা
লাঙেভাঞ্জবা নচানি।
মথোক কাখৎলকপগী

পম্পৌ-পম্বেং-পনয়াদা
নচায় ভমদাই পাঙ্‌জগে।
লান্‌ভম ফিরাল থেংনবা
য়াইফ-চেনবা নয়াথং
থাবিরোনে নচাদা।

মোংয়াংনহা— তাইবং মালংপানসিদ:
পায়ী নহাক নত্তনা
ইপায় কনা লৈতরে।
হুয়েল লানফম ময়ায়দা
নঙ্‌না শিবা থোক্ল'দি
নপা ঐগী লৈকমন্দি
খুল্‌হৌগনি কনানা?

মেম্স্‌নহা— পম্পৌ, অত্থ ওইর'দি
কৈনা নতুং ইগ্গগে
লাঞ্জেল মাংওইনরসি।

মোংয়াংনহা— মাতুই মতম নত্তরে,
মায়কৈ অসি নত্তনা
শলাই অহুম শীনথুংনা
য়েক্লবনা কোইশিনখ্রে।
ইপা ইচা অনিমক
পুন্না চেন্‌মিন্ন'রমু

য়াংদো লম্মথাংদুদা
য়েক্ক-খূম্বা তান্নি।
পান্নী মেন্সু নহাক্কা
য়েথান্নখিনগাই লৈত্রবা
লমদম অদু য়োম্রিকাও
য়েক্কববু ইপানা
ফৈগাক ফৈনা খিংহোগে
য়াঙনা খোঙ্দোয় হুনখ্রোনে।
(খাগুনা 'হাৎলো, হাৎলো" হান্নবা
মীয়াম্না লাউরকপা তারদুনা)
নত্রে, নত্রে হৌজিকমক
নহাক খোঙ্দোয় হুন্খরো।
নত্রবদি নিংথৌবা,
নপোক লাঙেভান অদু'মা
নপা হাৎপা শক্তুনা
পাবোৎ লোল্লো নন্নান্না।
মেন্সুনহা— (ইফীং ফিংনা)
ইপা'বুংঙো অপোকপা!
(মপাগী মখোঙদা হাইথগ্রে)
কন্নি পাওমেন কৌবগে!
কোপ্পরগা পেপ্পবা
উজরগা ইঙ্জবা

নথুয়াসী থাদুনা
নপারী মেন্স্নহাবু
লমদম কৈদা পাংলোগে ?
মোংয়াংনহা— পারী নঙ্বু ইপানা
কোয়ৌ ইমুং অনীদা
মুমিৎ থাবু য়েংবগুম
লুনা য়েংজবিবনি।
অদুবুনে ইবুংঙো,
শেৎনৌ খাইনৌ ভম্বনা
তানশিল্লক্লে মতম্বা
য়াঙ্না খোঙ্দোয় হুনখ্রোকো।
মিংনা "শাইয়োন শাকবা";
মিংহুন অসী হুন্দুনা
শক্লোন পোমাই ভূখয়ো।
মেন্স্নহা— ইপা'বুংঙো অপোকপা,
লুয়েল কোইয়েন্ থকসিদা
খুয়া উফ়ুল হাপ্লিয়ো।
তাংলৌ'নীগী লাংদাইদা
উপাল খূদিং তোংদুনা
কোৌবা কোনগুম লীকুম্বা
নৈথাম মানবা খ্বাংনৌবা
চেক্লা মানা তেংথা'গুম

লমথাং য়েনা পাইদুনা
পম্ভৌ মুংশি কোলোয়রেল্
ভেংথা নাওইজগ্ৰগে।

মোংয়াংনহা— পারী !

মেন্স্নহা— ইপায় শরি ভাকপদা
য়াইবি কৎপা ভমজবা
কৌবা-চিংদোই-লংগুম্না
ইশা লৈতাইনজবা
কুবিয়ুকো অপোকপা।

মোংয়াংনহা— নীংজবদু থুংজরো।
ইপায় মুংশিথোইরবা,
য়াঙনা খোংদোয় হুনখ্রোকো।
নপা ঐগী মীৎয়েংনা
নংগী শক্তম লোক্তিরৈ—
নতু-তুবুম অমা-ফাও—
ভৎলক্লবা ওইয়ুকো।

( নানবিরে—মেন্স্নহা খোংদোয় তন্না হুনখ্রে )

পারী 'বুংভো নহাকী—
মুংশিরবা চেংলোদো
অমুক হন্না ইপানা
উজববু কংথিদ্রা ?

চৎলো, চৎলো ইবুংঙো—
মখোক কাখৎলকপগী
চঙ্খোল্‌বা শক্তমদো
উৱি-ক্ষাওবা ইপানা
অৱাক তম্না য়েংহৌগে।

( মচানা চৎখিবা মায়কৈদা মুম্না
য়েংদুনা নীংবা কায়না কপ্তুশা
লৈ— মতম অসিদা ক্ষাকপগী
লাম্মীনা মতুংলোমদা লাক্তুনা
তানা চয়োম শানা য়োমখ্রে।
মোংয়াংনহানা মখোঙ্ থাংদুনা
চৎকে ভোরবদা ক্ষাকপা মমাঙ্দা
লেপ্লৱে )

ক্ষাকপা— হা হা হা হা হা!
ইতোন মোংয়াংনহাবা,
খুমন নোংয়াই ক্ষাকপগী
ইতীক থোনা খঙ্‌ৱব্রা?

মোংয়াংনহা— নোৱা, ৱাজাউ শৃগন্নু।
নঙ্গী কামজাও ৱাভাঙদা
নাচুংগনি নীংজন্নু।
নথুৎ চল্লে ঐ হৌজিক,
নঙ্না পাম্বা তুংইন্না

পাঙ্খো শচবা য়ারনি।
নঙ্গী থাঙ্লেন কিদুনা
মোংয়াংনহা তেন্শুনা
ইওক নোম্নি খল্লুমু।

কাকপা— ইতোন নোংয়াই কান্নবোই—
তুঙ্গোম্ন্দা লেম্লেন।
ভাচোং-ফৈহুন তমজবা,
শিনীংদবা উগুনা
থরকহুন্না চোংবরা ?
মতীক থৌন উৎনবা
কিহন্-খোইশ্নবগী
খোশাদুন ফন্বরা ? ( ফাক, ফাক নোকই )

মোংয়াংনহা— অচ্চ', মতোয়নবহে।

কাকপা— তাইবং চেংজেল মকাউহৈ
পুন্সি খোয়রেন য়ৌব-ফাও
চীন্দমজনীংলবদি—
মেন্সুনহা নপান্নী,
বাঙ্গোল নিংথৌ কাকপগী
থুয়াখাদা কচ্চহৌ।

মোংয়াংনহা— নমহুক্ লমশেন্নদুনা
কাকপা, পঙ্ঙাং ঙাঙ্গমু।
অকি-থুরৌ-চেন্দ্রবা,

পাম্নী মেন্স্নহাদি
চীমৈ-হৎপা ক্নাকপবু
ময়া কাবাক্ খন্দুনা
লম্মনখুম্মৈ লমদাঙ্দা
খোঙ্ফম চেৎনা খোঙ্দম্নি
অসী খঙ্দ শাত্রহে।

কাকপা— অচ্চা, থাঙ্লেন ময়াদা
নথরায়দ্রু নপ্লবা
শিরুম্নবা নংনস্ত্র
শিরোইদোগ্গুন্ শীংহীক্লি। ( মনাইশিংদা )
ফাওহে, মঙক লুপ্লাংদা
তাউবা হুইগঙ থাংত্রুনা
লৈপক্লনা চিঙ্গুহে।
( মীয়াম্না ফাগৎৌবগী চঙ্শিল্লকই )

মোংয়াংনহা— ( থাঙ্শস্তুনা )
করি নতীক লৈদন !
চঙ্লকউ-লাও শরিশো,
অহানবগী থাঙ্হাইদা
তক্ল-তুম্ন শোইদৎকে
( শাবান তোদ্রুনা লৈ—ময়াম
লকক্ তোই—লাম্মী অমনা

মতুং লোমদা চঙ্খিদ্রুনা থাংগা
কোম্নবা শ্পকোল কোনশিল্লি
—ভাইহাক-লাক্লে— ময়াম চঙ্‌ছুনা
ফাই— মখুৎ তুংবুম্নবা পুন্দুনা থম্মী )

ক্বাকপা— মফুদেক্তা লিন্দাউবা,
তুংগী পোলোই খঙ্‌দবা।
চীনফেল ফবা শাব্রেদা।
( হোচ্চিন্দুনা মোংয়াংনহাবু খোঙ্‌পাক্লা
কাওই— নীংথেংনবা তুথখি )
খৌদ্রিবরা, কমদোই ?

মোংয়াংনহা— হা হা হা ক্বাকপা।
মীহিংচাব য়াইতপা।
নঙ্‌বু পোকপা পম্ভোগা
নাওবা খোয়ব্রিম্নবা
নতোন মোংয়াংনহাবু
নখোঙ্‌দ্রুনা কাওবদি
কোলোয় মাগী মিংচৎনা
মশোঙ্‌ কানা ভাল্লবা
থুমন নিংথৌ য়োইহেনবা
মিংলেম্বগী মিংলেন্দা
হামুক কাব্রল চিংবনি।
নব্রানসিগী লম্মন্দি

পান্নী মেন্স্নহানা
খুন্নকপদো ৯ইস্নুকো।

কাকপা — চীন্থী-মীয়াংচান্সিবু
মীশিন্পূংদা পুহনা
লোইশিল্লুরো লান্মীশা।
(পুগে তৌরবদা মিংলেম্বা
নিংথৌ চেল্লকই)

মিংলেম্বা— কদায়. কদায়দনোনে।
ইশানৌ শিংখোঙ্ য়াইমবা
মোংয়াংনহা তেনগুবা
অদোন নঙ্বু কৈদনো?

মোংয়াংনহা— য়াম্বুং'বুংঙো লৈমাবা.
খোম্থাক থকপা ননাওনা
ইদুই কায়দা লৈদাপক্
নোঙ্গরিয়ে ইনিংথৌ।

মিংলেম্বা— অচ্চা! ঐগী ইনাওবু
তুংবুল পরৈ লাক্লবা।
কাকপা নঙ্বু কৈদোরি
পরৈকিশি হল্লুনেহে।

কাকপা— ইপা'বুংঙো লৈমাবা,
মপুই সনা পূক্নীংদো
তয়াং তশোয়বিরম্মু।

তুবী পুয়োক্লব্রবা,
লইব্রেল পুকম্নব্রবা
ইতোল নোংয়াই মহাক্লি।
শংলিঙ্ বগী থূক্তব্রা
ঙোবোংখাউদা নম্বব্রা
মতীকচাবা চৈরাকতুম
তাবিবনা ফগনি।
মিংলেম্বা— ওইথোক্ত্রবা ব্রাফম্নি।
পী'মতনা পোক্লবা
পা'মতনা লাঙ্গোনবা
ঈতিম্নবা ইনাওবু
লোইথোক্লবা লাঙ্খোকপা,
কয়া স্নুংশি হৈত্রবা
মীহিংচাগী মতোনো।
শম্লাং চুজাক শারবা
য়ারী য়াচূক য়াউদ্রবা
ইমি শাম্ল' মতমদা
ইচীন'নাওগী মকাদা
শাগী লীচৎ চৎল'দি
কোরৌ নোঙ্গা-নখুব্রা
ইপা ইপু খিবিক্লা
মরু-তাঙ্গা লৈদা খোল
তিম্নাং খাশিৎ নয়োইত্রা (কে)।

কাকপা— ইপা নিংথৌ, চানবিয়ু।
থিম্নাংখাগী নচানি
নচাগী লম কোক্লবা
শীনবিরম্মু কৈদোগে!

মিংলেম্বা— অচ্চা! মতোয়নরহে!
নপায় মনাও নতোম্নি.
মাদু খঙ্না লুনা তৌ!
মাদুতনা নহাক্কী
তুংগী লম্বেল শেংগনি।

কাকপা— মশায় য়েংবা তাইবংনা
মাগী ওইজ থাদুনা
মীগী য়েংবা হোনদে।
ঐস্মু ইশায় য়েংদুনা
সনা য়াথং ভাক্লরোই।
খোঙলে কনবা নোংলৈবু
কৈদোনণা য়োক্কনি।
নোংখোঙ ফৃইবা নোংলেম্মা
নোংলে নোইখৎলোইদ্রদো!

মিংলেম্বা— শানো-শিংখোঙ য়াইমবা,
ইয়াম্বদা তুক তম্মু—
কন্নি ইন্নাল ফংদুনা
ইয়াম্বগী ইথক্তা
হুয়েল লাম্দম্লকপনো?

মোংয়ানহা— নশানৌগী ইরাম্নি।
ইপা শকপা 'য়াম্ববু
ইপামক্লি থন্দুনা
নীংজ-মুংশিজরুব,
মরৈবাকস্তু নশুনা
থূমন লৈকোয়বুংসিদা
পাঙ্গ-লৈজনীংলুবা
ননাই ঐগী ইরাম্নি।
মিংলেম্বা— করম তৌনা ঙশানৌ?
মোংয়াংনহু। — বায়েন-চৈগী মিকানা
থমুং ওমচাক্লরবা
নজা 'বুংঙো কাকপগী
মিহৌবগী থরুমদি
লোইবা নস্তে থাদুনা।
লৈপাক ঈঙ্না পান্নবা
নিংথৌ থুবম চেৎনবা
করিগুম্বা অমতং
য়াইফনবা শীন্বদা,
কনাগুম্বা অমগা
চীক্লা ফম্মিন্নদুনা
বারী বাতাই শাবদা,
নিংথৌ থুবম শীন্দোরে

লানচাক খাঙেথ্র হায়দুনা
লৈপাক মাঙ্দা ননাওবু
পাউথোকপিদো ক্বাকপনা।
অসিগীস্থ মথক্তা
ইপাইচাবূ হাৎনবা
লোম্না শরৌ শীল্লিদো।

মিংলেম্বা— অচ্চা! ঐগী ইনাওবু
মাদু য়োনা মহাক্লা।

মোংয়াংনহা— নোঙ্গাখুৰা ইপানা
তাকপিরম্বা ভুংইম্না
ইয়াম্বুংনা থূপখ্রগা
ননাও মোংয়াংনহানা
নিংথৌ ওইফম থোকপনি।
থোক্তুনস্থ ননাওদি
নিংথৌ ওইরোইদৌবনি।
ইপা শকপা ইয়াম্বা,
ভুবী মহী হী-মেঙ্বা
ইবুংঙোগী ঈ'তূম্না
পারেপ মরেঙ্ ফাদুনা
মথৌ ওম্না লৈরবৈ—
করিগীনো ঐহাক্না
নিংথৌ ওইগদৌববো!

মিংলেম্বা— শানৌতোন।

মোংয়াংনহা— থরুম অসিমক্তনা
থম্মোয় থীৎনা চুহনা
মীথোমদুনা ক্বাকপনা
ইকোপ লাইপল শোয়মৈদা
ঙানৈহনা লৈম্বিঙৈ -
লান্দাৱক্লে ইথক্তা।
মীচীন্দগী তাদুনা
পাৱী মেন্সুনহাম্ম
খোঙ্লোয় থৱা লোয়ননা
লাইপল শোয়দা থুংলবে।
লম্লেল ইকোপ খোঙনুংদা
চোংশিল চোংশিল য়াম্লবে
লোম্থাং মঙান নাইদুনা।
লৌশিং নৱা শৈদমপাল,
মৱীল তাউবা ক্বাকপনা
শামায় ওম চেনথগা
লৈপাক মীয়াম খোমদুনা
থোক্লি'সিনি ঊনিংথৌ।
থিঙ্গু মথিনাইরবা
ক্বাকপা নঙবু কৈদৌবি
হৌজিক ফাওবা ঐহাকী

লুয়েল তোংদম শোইদ্রিবা।

কাকপা - হায়,— অমল শীংদা থারবা!
বাংলেন পুংজা ফায়রোই।
চৎলু, চলো লান্মীশা,
অহোংপুংদা পুদুনা
লালু চোমায় কল্লুচো।
( মোংয়াংনহাবু ইন্দুনা পুখ্রে )

মিংলেম্বা— শানৌ শিংখোঙ য়াইমবা,
নাওবা খোয়রি-নরবা,
য়াম্বয় মোংয়াং নিংথোবা
নয়াম্ববু ভাইরমখো।
( তামগে তৌই কাকপনা থিংডি )

কাকপা— পম্ভৌ তুবী চুপ্পথোই;
কংলা হন্দোং কবা-ও.
পুক্লীং নৈতাবিখোদা।

মিংলেম্বা— চায়থোকউহে য়াইতম্বা! ( কল্লা ইল্লি )

কাকপা— নপান্নীগী থন্দুনা
উন্নবী নৈখন তাবিয়ু।
পাম্বা কৈরেলগুম্নবা
মোংয়াংনিনে পম্ভৌ-ও!

মিংলেম্বা— নংবু ঐগী ইপারী !
নতোল হাৎপা ঙম্নবা
য়াইতম্নবা নহাকপু
নিংথৌ ঐগী ইপারী।
লাওহে, নপা ঐবুস্থ
লুয়েল তোংদম শোইরো-লাও।
( লাম্মী অমা ফিংনা চেল্লকই )

লাম্মী— কংলা শিংকাম তমদোবা,
মজা'বুংঙো য়োইহেনবা,
নায়েদুনা লোৎলম্বা
লাম্মী থুৎপু অমনা
নতোল 'বুংঙো মুন্থয়ে।
ইবুংঙোগী লাম্মীস্থ
লোইনা তোরা তুহোয়ে।

ক্বাকপা— করি ! লাম্মী কমদোবা !
মোংয়াংনহা মুনখ্রবা !
অচ্চা ! ( অনীমক কম্না চেনখি )

মিংলেম্বা— পেল্লি ! ঐনা পেল্লিদা।
য়াম্বয় মোংয়াং তেনশুবা,
ঙাইখোনেহে, ইপানা—
তাকপিরম্বা ভুংইন্না

থুমন লৈকোইবুংসিগী
কংলা মেন্দা ফমহৌরো।
ইয়াম্বদি পাল্লরোই,
খোয়ুম ফাংখোঙ্ পাম্নখ্রগে।
অচ্চা লাকপু লাকচৈদা!
অহল ওইবা তোল্লিদা।
( তুরোই ঙাম্লোই তাম্নখি )

———

## ২শুবা উংপা

### ঙাঙোই লৈপাক

**মকম—**ঙারমচীংথক।

**মতম—**নুমিৎ চায়থরকপা মতম।

চিঙু থাংজিংদা কংনবা কেগে লৈমরোল ময়াম চীংথক অসিদা কাদুনা হৈয়াঙ্-লৈরাং থিরি। চীঙ্খাংদগী লৈমরোনশিংনা ইশৈ শকপা তারকই।

**ঙাঙোইলেম্বীগী—ইশৈ।**

নারক লৈরাং লৈস্নুংশি
শিঙ্গেল লৈদোম শাচ্চবী,
মীৎস্না মীচ্চি লোঙ্খানা

(হা) লোয়ুম কনা য়েংলিবা।
চিনবি-নঙাই লৈতনা
কেনখিদোবা পাম্মুইদা।

থারিকথাগী – ইশৈ।

ও——
নোংদম মাগী নোংদমদি
নাম্মা হান্‌না নোংদমদে!
অচৌ-কোনগী লৈ-তদা
খোইমু ইনবা নঙ্গেদা
নারক শিঙ্গেলশিংগীসু
নোংদম মানা মতম্বি!

ঙাঙোইলেম্বীগী- ইশৈ।

শানৌ শাইনোন নাপ্প-য়াল
শাবি নাদা থেৎন-য়াল
মীৎয়েং চোন্না ঙাপ্পবা
শিঙ্গেল নশিল নত্তবা!
অচৌকোন্দা শাচ্চক
লৈরাং লৈশাৎ য়োগনি।

থারিকথাগী- ইশৈ।

মরম লয়েন লৈম-য়োল
অচৌকোনগী চাউলোমুং

কল্লক মৈশা কনমল্লি
লৈরাং কেম্মৌনগান।
চীঙ্গ ভানবী শিজেন্না
চীঙ্গ পানবা পামজৈদা।

( লৈ-য়েন্দায় পায়রিবী ভাতোইলেম্বী খোঙ্গকই য়েংথোকখিবদা লৈরাংগী লৈকাদা খোইমুনা লৈহি চুপ্পা হেক উরুরে। নুংবংলে— লেপ্পুনা য়েংদুনা লৈথোক্লে-থারিকথা লাকই )

থারিকথা— হৈমা ! ইত কৈদৌরে !
মীৎস্না মীৎয়েং হোংদনা
করি য়েংলি ইতারোই ?

ভাতোইলেম্বী— মাইদা ইতা, খোয়রাঞ্জিঙ।
য়েংবু য়েংজনীংদেদা
নুংওনবগী মতোসে।
থম্মোয় ইরাঙ্ হৌইদা।

থারিকথা— কনাই করি ইরাঙদা
নুংওল ইরাঙ্ হৌবনো ?
নুংওল শক্তম হায়’দুদি
পামজফমগী শক্‌বোংনি।
ভারমচাংগী লৈকোন্দা
কনাই শক্তম উদুনা
নুরায় পুক্নীং নুংওনবা ?

ভাঙোইলেম্বী— য়েংউনেসে ইতারোই,
ঈংখোয়াংবা খোইমুনা
লৈশাৎ য়োবী লৈরাংগী
লৈহি থকচুপ্পরিব',
নুংওন-মতৌ নত্তুরা ?
মতৌ অসি উরগা
মথোক কাখৎলকপগী
কঙাও নবা পূক্লীংনা
করি থনফম থোকপগে ?
থারিকথা— করিবুদি থল্লুনি
অপাম মুংশি নত্তনা।
ভাঙোইলেম্বী—হোয়নে হোয়নে ইতারোই,
মাদু ওইর-মাল্লেনে
নুরা ঐগী পূক্লীংসে
হায়ফম থৎদ্রে'নুংওয়া
তোয়না তোয়না য়াকায়রি।
থাম্-ভমদ্রবা ঈরানা
মীৎলু নাপোম ঈরাইরৈ।
থারিকথা— হিঁ-হিঁ—
মাদুনিদো ইতারোই,
অপাম মুংশি হায়বদো।
চাক্তিত্রনে থম্মোয়দো।

ভাঙোইলেম্বী—অদুগনে চাম্নবী,
নোংজু-মুংশা মরুক্তা
লৈনা লৈশাং তমজবা
খোইমু ম গীদমক্কি।
নিঙোল ওইবী ঐখোয়না
পম্মোকোন্দা পোম্বদি
পাম্মু মাবু ঙাইবনি
নৎত্তরদো ইখোইনৌ ?

থাম্বিকথা— হোয়নে হোয়নে মানিনে।
পাম্মু মাবু ঙাইবদা
শাইগী শাইনোন তম্মোবি।
লৈরোইহনবা পম্মোনা
মমোম মাগী মতময়েং
লৈরাংগেস্থু হায়দেদো
কম্দোদোনো খঙ্‌ব্রেদা।
( মচুবা মেশুনা লৈখি )

ভাঙোইলেম্বী—ইবেম্মাশা নহাকস্থু
লৈলোক্তোবা মীশক্তি
অপাম পাম্দ খল্লগা
লৈরাংবদা 'থৈজিল্লে।

থাম্বিকথা— কম্দোদগে অদুবু
পম্মো মানা পাম্বদি

নুমা-নদি খোয়দাদে!

ভাঙোইলেম্বী—হোয়দা ইতা, অওন্'নি
খল্ল খল্ল খোয়মাঙ্বা,
নীংল নীংল নুংনাংবা
নিঙেংাল ওইবী মপোক্নি।
চিঙু মানা থাবিবা
নোংদম ম'ঙ্গা ও'ইত্না
লৈবনতুম শাফনি।

থাম্বিকথা— হোয়দা ইতা, মাচুনি
নোংমায় লেপ্পা নোংদম্না
নাম্মতদি নোংদম্মোই।
থাখল ফর্গা লোইমেদা।

ভাঙোইলেম্বী—ইতা, লৈমাং হেকহৌমো,
ঐনা হৈমাঙ্ তেক্লুগে।
মফম'সীদা ঙাইনসি।

থাম্বিকথা— য়াম্না ফনি ইতাহোই।

ভাঙোইলেম্বী—চিঙু থাংজিং কোইমেন-লাই,
খোয়ুম মায়োক্ য়ানবা
হৈশক নাইবা অমত্তং
ফংহনবিয়ু নশুবু।

(অনীমক হাইদোক্তুনা চৎনখি।
হুমাংনা মশা পূম্নমক চোৎলবা

শায়োন শাফবা শিঙ্ কোকথোঙ্
অনা পুত্রনা লাৎকই। কোকথোঙ্
অত্রু থারগা ফৈজ্ঞা শাম্বিবা চরৈ
ভৌবোংনা হুমাই হুমত্রনা উথোঙ্
অমদা ঙমথৈ ভাইহাক লৈরগা থাপুক্লা
ইশৈ শকপা তারকই )

থারিকথাগী – ইশৈ

য়া— হোই, য়া – হোই,
য়া য়া য়া হোই।

( শাফবা ইঙকঙক্লা তাই )

মালং ঈপোম লাংবদা
লৈরাং থারোই নরক্লে।
মোইপেম চাউবা খোইমুনা
লৈরাং লৈশক খল্লক্লে।

য়া— হোই, য়া— হোই !
য়া— য়া— য়া— হোই !!

হাদা লৈরাং পঙ্গন্নু
খোমুই পূকথেম য়ারুন্নু
শিঙেঙল লৈমল চল্লগা
লৈরাং খোইতাক্লগনি।

য়া— হোই, য়া— হোই !
য়া— য়া— য়া— হোই !!

( থাতপ্পা ভাভোইলেম্বীগী ইশৈ )

ইশৈ—

হোই তোই হোই তোই !
হোই তোই তোই তোই !!

( তাবদা শাফবা নূংবংনৈ )

হাদা খোইমু লৈপাম্ব',
চীংশা নাপোম য়ারেকপা
শিঙেঙল ফৌরোই য়েংলগা
লৈরাং লৈরাম্নবিসু ।

হোই তোই হোই তোই !
হোই তোই তোই তোই !!

পূকথেম চাউই খঙ্নবু
নশুংলাংগী শাচ্চবী
চীংমায় চোম্না ভাঞ্জবী
লৈরাং লৈহি চুপ্পিয়্ম ।

হোই তোই হোই তোই !
হোই তোই তোই তোই !!

( মুংশা মপী ক্ইনা হোল্লবা শাফবা
ভোবোংনা মমায় থুমজিন্দুনা শিঙ্বুল তুংদা
থল্লগা উরা অমদা মোন খাঙ্দুনা হীপথখ্রে—
তূকথয়বা মশা ওইবনা হেক তাবদা

ভূমগখ্রে। ভাইহাক নৈরগা ভাডোইলেম্বী
তাউজিং অমা পায়হুনা লাকই-শাফববু
উহুনা চপ্ লেপ্লগা হায়রকই )

ভাডোইলেম্বী—অচ্চা! কয়াদনোসে!
খোয়চৎ বাংচৎনররা
কনানোহে নহাকপে?
মপুই য়াথং কিদনা
চভ্ ইহেদবা মফমদ
তম্না খোঙ্দারকপগী
চৈরাক চানি খঙ্গ্রহে!
( থারিকথা চঙ্শিল্লকই )

থারিকথা— কৈদোরগে ইতারোই?
ভাডোইলেম্বী—খোঙ্গনৌ নঙ্বু চঙ্রকউ।
তনগা অসি চিংখৎলু।
নিঙ্গোলক্কা লাক্কুনা
লোম্না লমদল্লবগী
মরোল মরাল তাক্লবা
লক্কেনবসে লাক্লগে।
মঙক মতা ক্ববদা
য়াংলৈ হুইগং থাংহুনা
মপুই নাক্তা পুজেমগে।
( শাফবা খো খো নাখোকই )

থাব্রিকথা— তনবা নঙবু তাব্রহে ?
মীৎস্না মীৎয়েং তম্নকউ
চিঙ্গোয় পাউমেন্নসিনে।
(শাফবা খ্রোখ্রো নাখোকই)
হৈমা ! খ্রোখ্রোদুম নাখোকই।

ভাভোইলেম্বী শাগল পায়না চিংখৎলু।

থাব্রিকথা— মাই, কিজ্জৈ ভমজয়োই।
চোংলম চোংফাং চাপবা
অভাও অফৈ ওইরমদ্না

ভাভোইলেম্বী—চিংখৎলুনে ইখোইনৌ।
কুরাও হংলাক চন্দুনা
মাগী লাভেভান অসীমা
কৈশুম শঙদা থমদোক্কে।

থাব্রিকথা— হায়, চোইদ্রি চোইখৎপা,
ভাশু নঙবু তাব্রহে !
নম্নাস্তনা নপোৎফা
ননা শিঙজা য়ৈরফাও
খোম্লেন মীৎকপত্রিসিবো !
হো শে, হো শে,
শে হায়'নি শে !
(মশা লাক্তুমা চিংখৎলি—
শাফবা হকাম চন্দুনা মমীৎ

নোইর-নোইরদুনা ফম্মী—
থারিকথাগা মীচ্চানৈ— মতুংদা
লৈবনা ভাঙোইলেম্মী উদে )

শাফবা— নুরা'বেম্মা চানুরা,
ইরল ইপোং ফা নবা
পুক্ষিগে পাখঙ্না
ইতুংদগী পোল্লমসে
থোনবিয়ুবা নুরানা।

থারিকথা— উম্— পুদৌরি,
নপোং ফানা ফংদৌরি।
নকোক্থক্তা পোংলূম থোন্
নপুন্সিদু চূপ্পদুম
ফাজিন্দুনা থমদৌরি।

শাফবা— ফবিয়ুনে কৈদৌগে।
নুরাশিংনা ফাদনা
কনানবু ফাবিনি।

( শাফবা ছোগংলক্লে— ভাসাই
মখৈ মতুংদা লেপ্তুনা মীংকুপ
য়াকা লৈতনা শাফববু য়েংদুনা
লৈরম্মী ভাঙোইদো শাফবগী
শক্তম উবদা লৌমাঙ্নখ্রে—
মথুক্তা পায়রিবা হৈরাঙ্ফাওবা

তাখিবা খঙ্খিদ্রে— হৈরাঙ্দুনা
পোপ তাৱগা শাফবগী মমাঙ্
লোমদা ওনশিনখ্রে— হৈগী মিহৌ-
ৱবা শাফবনা থূনগৎকে হায়দুনা
মথূৎ হেক তিংথোক্লই - ভাভোইস্ন
হোচ্চিল্লক্লুনা হৈখোক্তা হেক
পায়বদা শাফবগী মথূৎনা হাঞ্জিল্লক্লুনা
হৈখোক্কা কোন্ননা ভাভোইলেম্বীগী
মথূৎ পায়দুনা থাংগৎলক্লে।
অনীমক মায়য়োক্লরে— অমনা
অমবু য়েংনবা ঙম্নখিদ্রে। মতৌ
অসি উবদা লৌ-পূম্নমক মপূক
মচাদা হাঞ্জিল্লবী থারিকথা মোমোন
নোক্লুনা হায়রকই )

থারিকথা— হৈমা, কৈনোদা!
তাঙ্জ য়াইমুম্নবগুম
থূৎকা থূৎকা পাল্লোইবা
হৈ-মুম্নরিবসিবু
লেম্না নৈবী ঐহাকপু
লঙ্নবিগে তৌবরা
লেম্নবিগে খম্বরা?
থাদোকপিখ্রো হৈরাঙ্বী!

**ঙাঙোইলেম্বী**—ভাঙ্না তাপ্পরকপনি
তাম্নবা থারয়োই।

**শাকবা**— লাম্না ফংজরবনি
লেম্না থাদোক্চরয়োই।

**থারিকথা**— অদু ওইহিন্নবদি
নুরা'নীনা ফানবা
তাম্নিবা তনবসে
মঙক্ চুইগং থাংচুনা
কুয়াও হংনা লাক্ত্‌না
মাগী পুন্সি চূপ্পত্তম
ফাজিন্দুনা থম্লগে
খঙ্গনিদো শরিশো।
(ঙাঙোইলেম্বী থকৎলে - ইফিং
ফিংনা হায়রকই)

**ঙাঙোইলেম্বী**—ইভা!

**থারিকথা**— পুন্দফদে পুনগনি।
য়োৎছিলংদগী কল্লবা
থৎঙমদ্রবা মরীনা
মাবু কম্না পুনগনি।

**ঙাঙোইলেম্বী**—ইভা, নঙবু চারয়োই!

**থারিকথা**— য়োৎছিলং চম্না ফাবদি
থাদোক্লগা নাম্হোকখি।

হুক্কোক্লগা চেম্বোকখি।
থাদোক হুক্কোক্লবস্থ
নাম্বোকখিবা য়াত্রবা
থোৎনা কনবা মরীনা
চেজেৎ চেৎনা পুনগনি।

ঙাঙোইলেম্বী— ইতা নং বু কৈদোগে
পায়মা পাঙথোকচানখিন্থ।
মপু মোইরাং নিংথৌগী
সনা নাকোং য়েৌদ্রিদৈ,
কেগে নোংথোল পম্বৌনা
'কনবা চৈরাক তাদুনা
লোক্তাক ঙামি থেমদ্রিদৈ
ত্রঙদা তাউবা তনবসে
লোইবি চীংমায় অসিদা
থাদোক্লমসি ইতারোই।

থারিকথা— করি থৌগী থাগনি,
লোয়ন-লোয়ুম মায়থোঙ বু
মিতা মিতা য়েংলিবী
চানগ্নাগী মীৎমাঙদা
অ্যাম শক্তম উৎলবা
মরাম্নংনি মহাকী,
থাদনবা পুনগনি।

(চেন্‌শিন্‌খ্রে—মাগী য়েন্সায়দগী
লৈ পয়েং পায়খৎলক্লে)

য়েংউ তো!
তৎন-থানদনবা
পুম্নবা মরীনি।
মরীসিনা ঙক্তা-হুক্
পাম্নকমগী কৈশুমদা
পুন্সি পোলোই তান্‌বা-ফাও
লেঙ্‌দনবা পুন্‌গনি।

(লৈরাং পয়েং পায়দুনা হোচ্চিল্লক্লে
শাফবগী মনাক য়ৌশিল্লকক্লে—
ঙাঙোই লেম্বীনা হুকখিদোরে হায়দুনা
থরক্ হুন্না য়েংবদু উরদুনা মতারোমদা
লৈশিল্লক্লে)

থারিকথা— ইতা নঙ্‌না লোক্‌চবা
নঙ্‌গী লোয়ন-লোয়্নম্নি,
নঙনা হুক্কদবনি।

(লৈ পয়েং ঙাঙোইদা পীবে—
থারিকথানা নীংবা কায়না
লৈথোকখিবা মতৌদো শাফবনা
উহোরে—অচুম্নক ঙাইহাকই
উভিংবগুম লেপ্লরে—খর লৈরগা

থাব্নিকথা—খোইনৌ কৈদৌরবগে

ইকাইরিবা হায়তুরা!
শিল্লম য়েংনা ইতাগী
শিম্বাজবী নতানি।
নশুংলাংগী খন্‌বদা
বাজরবী ঐহাক্লি।
অস্তুক কুইবা মতমসি
অপাম-মুংশি-মরমদা
খঙ দ্রব্রস্থ মখভিঙ—
ঙাঙ দ্রব্রস্থ মঙাভিঙ,
অপান্নবা হায়র'দি
নুবায় খোয়জি শীকুম্মী।
ঙসি নোংজা'সিদদি
খোইজেঙ-মুংজেঙ-খোয়রাঙবা
খোইরেল তাকুম তাকখরে।
'মুক্তা হুকউ ইতারোই,
শাবি নমান মচাগী
ঙকশম লুম্মাং মকোয়দা
ইতায় লৈরাং পরেংনা
ওম-থোইনা ঙানবদো
'মুক্তা পেম্মা থাব্নিক্লা
য়েংঙগেবা ইতারোই।

( অসি হায়দুনা ভাওোইগী মখুৎ অনী
পায়দুনা শাফবগী মঙক তম্লকই
—মচীন্দনা নোকপা মমীত্তুনা ঈৱা
হোবা থাম্বিকথাগী মতোদো
শাফবনা উথরে )

শাফবা— নূৱা 'বেম্মা চানুৱা,
পায়মা খোঁগাক নাইখোদা !
তিংগোই তিংথৌ মতোন্দো
লিক্লা ৱাইফেন তাববু
কয়া কুইনা লৈবগে।
লিক্লাং পাউহোংদবীনি
ৱাখল থেনবী তাগনি।

থাম্বিকথা— হৈমা, মাইদা ঐহাক্তি !
খোঙ্গিন্দোবনা খোন্দোক্লে,
ওইনদোবনা ওনশিল্লে।

শাফবা— লাংজেং মথোক্লক্লবী,
য়াৱা নোক্হায়নখিনু—
ঐগী পাওমেন তাবীখো।
চাংদা কা-ন শিঙ্জনবা
পাত্তা কূম্না ভাথিবা
ঐগী হিংন-শিঙ্গাংনি।
মালেম মাইথা মথক্কা

কোরৌ থৈজ্রম্নহুনা
উখোঙ্ বাখোঙ্ য়াইরেকপা,
অফংবদা চাহুনা
তাইবং ওইনা চচ্চবা
য়াংদৌ মাগুম ভোল্লবা
পাখং লাইবক চাউর্বনি।
নূরায় পায়মা লাক্থখো।৮

ভাঙোইলেম্বী— নীংজবগী মকাদা
অচৌ পিশক খায়জদে
মফম মতম নাইজদে।
পায়মা শেল্লোংনিক্রুবা
পাউথোক্র'স্ম পাখঙনা
নীংহন্নবা লৈতনা
নীংজন্নিবা নঙোন্দা
য়াইবি হকচাং কচ্চয়ে।
লৌশিনবিগে ননীংঙি
লংথোকপিগে নখাঙি।

শাকবা— লম্নাইদ্রবা লমজাগী
কয়াই লাইবক মফনৌ!
অহুবুনে ইবেম্মী—

ভাঙোইলেম্বী— খঙজয়ে, নুরানা খঙজয়ে
পাইমনা পৌখানিথম্মুবা

লৎনবিরবস্থ লৈরাংবু
নিংডানগী শরিদি চেংনবা
হৈরাংগী হৈজিংবু কাজগে।
( অসি হায়দুনা পায়রিবা
হৈরাংদু শাফবদা পীরে )

শাকুরা— নিংঙোলগী শরি ভারুবা
পাখংগী ইনীং থুংনবা
সুরাগী হৈজিং লোজরে।
( হৈরাং লোরে )

থারিকথা— নীংজ-সুংশিজরবা
অনীমকী য়াইফদা
য়াইবি কৎপা ভমজবা
খোয়ুম নৎনা কুবিয়ু।
( অথোপ্পদগী তোন্যবনা লাউরকই )

তোনাবা— হায়— হায় হায়!
কেগে নুরা পাখংশা!
মপুয় য়াথং কিদনা
লৈরাং হেকমিন্নবগী
পাখং ওইরা নহাক্না
লোক্তক ভামি থেম্নগে,
নিংঙোল ওইবীশিংদুনা
লোইয়া লমদা থাদগে.

খঙ্গনিদো শরিশো !

থারিকথা— ( ফিংনা ) কমদোগনি ইখোইনৌ,
পাখঙ্ তোনাবনিনে।

ভাঙোইলেম্বী—নাচুংলুমু ইতারোই,
মানা করি ভমগনি।

( তোনাবগা পেবেৎকা য়োঁয়রে )

তোনাবা— কেগে চনু চানুরা,
মুজা কনা কনানো ?
সনা য়াথং কিদনা
শিঙেঙল লৈরাং হেকপদা
পাখঙ্ খোঙ্লোইনবদি
মপুয় চৈরাক ক্রিহে !

পেবেৎ— অওইবনি পেম্মাখোয়,
লমহেল্লিদা লাইমস্তু।

থারিকথা— ঙচা পাখঙ্ পোরোবা,
চোইদ্রি চোইখৎ শোনোচু,
পেবেৎ পেংনাও পেহৌবা,
নুরা ভাঙোইলেম্বীবু
খঙ্দ শানা হায়ব্রহে ?

তোনাবা— নুরা ভাঙোই ইবেম্মা,
কৈরোই-খুল্লক লৈয়কী
অরাম চনু নিঙেঙাম্মা

চৎকদবা শাজৎপু
অঙম্বগী মমোম্না
পঙ্চৎ-চৎপা হৌনব্রা ?
ভাঙোইলেম্বী—করি হায়বা তোনাবা ?
নংবা ভাঙোই ঐহাক্না
করি শাজৎ চত্তুনা
নশিংঘামক চোংথোক্ল
উরাউ থরাউরিবনো ?
তোনাবা— মপুয় য়াথং তাদ্রবা—
"কুম্শি নৈরাং হেকপদি
নংবা পাখঙ্ অমতা
খোঙ্লোই-খোঙ্দা-নফদে"।
লমহেন লমহাই তান্দুনা
চৈন্দ্রিববু য়াথংসি
অঙম্বগী মমোম্নি
চৈরাক ফংলোই নীংবরা ?
খ্রাবিকথা— নিঙঙোলশিংগী মকাদা
লোইরং-শিঙ্খোঙ্ ওইদবা
মপু মানা শীন্‌বনি।
খুরৌচেন্‌বা নৈত্র'দি
নংবাশিংগী ফোরোইয়েং
মপুয় চৈরাক তাবিরোই,
অসি খঙ্ন ভাঙভুশা।

ঙাঙোইলেম্বী—ন্ৰাশিংগী ইকাদা
লোইয়ং-খোংনাং ওইরি'দি
তোনা নপু মনাইনি।
মপুয় য়াথং কিদনা
নিঙেঙাল্লক্তা লাক্পগী
তনবা নখোয় অনীমক
ঙৌবোং খাউদা শূপ্নম্
লেম্লৈ ঙামি থেম্ননি।

তোনাবা— হা হা হা হা হা!
ন্ৰা ঙাঙোই ইবাংলোম,
তোনাববু শক্খঙ্দ্রি?
মপু মোইরাং নিংথৌনা
নিঙেঙোল লাকপা হাপ্তুবা
কেগে লৈমোন পূম্বগী
অশোয় অঙাম য়েংনবা
থাবক্লিবা তোনানি।
নরাস্তনা তাব্বা,
লোক্লৌ তাজি থোংলবা
নুরা পাখঙ অনীনা
লীংকদবা কৈদনো!
হা হ হা হা হা!

ভাঙোইলেম্বী—লৈরাং ইবাক চমদ্রিৱৈ
খোঙদোয় হুনখ্রো তোনাবা!
তোনাবা— করিগোগী হুনগনি?
ভাঙোইলেম্বী—হুন্দফদে হুনখরো!
চীংদা কানা শিঙজন্‌বা,
শিঙজ: পোৎলেন লাংতুনা
চম্না নোংখনজরিবা
তনবা মাবু নিংথৌনা
খোঙদ-ফদে পিংদেনা!
তোনাবা— কনাবুদি গিংলিব?
ভাঙোইলেম্বী—নহাকুম্বা চোংদ্রংবা,
লৌহোন চাইজি মিন্নৌমন,
নুংওন খোয়বু হোৎলবা
বায়োংচাদববুনি
খোঙদাফদে থিংবদি।
তোনাবা— হা হা হা হা হা!
নুবা ভাঙোই ইবাংলোন,
মাতু য়ৌনা তোনাবু।
ভাঙোইলেম্বী—'সিদা নক্তে খঙভু হে,
ঐবু করি ওইনা-উই?
কেগে মোইরাং নিংথৌনা
মমোম-মক্নি খন্দুনা

কোলোয় ইমিং থোনখুৰী,
ফমদো হুন্ধুমরিগী
ফম্লেন ফমথোই কংলবা
নোংথোম্বগী চরৈহুল,
ইনীং ইখা তম্লিবী
ভাঙোই ঐনি খঙদ্রহে ?
ৰাগ্রেম'মতং তাবদা
তনবা নরকুমজনি
তম্না খোঙদোয়হুনখ্রোহে !

তোনাবা— হা হা হা হা হা !
পুক্নুং লিনগোই লোওনবী,
কেগে কোনবা লৈমাবা
নহাক্তগী নিংথোৱা ?
নঙগী নপম্মোতনা
লৈপাক পুম্বা শুপ্নৱা ?
কেগে কোনুং য়ৌবগা
ইতীক খঙেভাইদরদো !
হা হা হা হা হা হা

( মোক্তুনা পেবেৎকা লোয়ননা চৎখি—মরুম অমদা লুমখি )

শাফবা— লমজাচাগী ইশুংলাং
য়োইহৈচানা মৈচেল্লে।

লৈপাক বাথোক ওইরনি
নৌর-খোঙ্‌দোয়-হনবিখ্রো,
কেগে লৈম্রোন পূম্নমক
লোইবি চীংখোঙ তম্নখ্রে।

থারিকথা— পাখঙগী কোংসোয় মিংলেনবু?

শাফবা— তরঙ-মালং পোমাব
চেংলৌ শাইয়োন শাফবা।

তাভোইলেম্বী—সুংশি তংডু ইরৈচেল্‌,
পায়মা উনবী খোয়খৈওৎ
নৃরাচানি কাউবিনু
(থারিক্তা য়েংতুনা)

শাফবা— নৃরা চেঙ্গোই মীংচুবী,
সুংশি কোলোয় নতিনমেন
কাউজরোইকো পাখঙ্‌না।

(অনীমক চিংনা চিংনা য়েংলম্লগা ব্রানাচাক্লা খোঙ্‌দোয় হনখ্রে— শাফবন্ অনীবু উরিমখৈ য়েংহৌই উদ্রবদা মপোৎ থোনগত্তুনা খোঙ্‌থাঙ্‌ অমা অনী থাংবা হোয়রক্লে— তোনাবগা পেবেৎকা চঙ্‌শিল্লক্তুনা লাউরকই)

তোনাবা— তনবা মঙ্‌বু তাব্রহে?
নংগী খোঙ্‌দোয় হল্লকখো।

শাক্‌বা— ( লৈথোরক্লুনা )
করি তাকপিগদবা ?

তোনাবা— করি তাকপিগনিহায়—
হায়য়ু মোস্তাই-শুদাইবা,
কন্‌ঈ ঈরা চুরবা,
য়াইথিবীরা নহাকপো ?

শাক্‌বা— এঃ— ঙল্লেদকো খোনফমসে।

তোনাবা— ঙল্লে-ককা হায়রদ্না !
কোলোয়ফিগৈ শেঙঙ্‌নেহে।

শাক্‌বা— ঐহাক পিদোল্লবনি,
শিঙ্‌কন লোংখোম্ববনা
ঐগী ভিংন শিঙ্গাংনি।
তাকপিদোবা তাকপিয়ু।

তোনাবা— নিংথৌরেনগী মনোমশক
চৎলম্‌ ফা—ন শাংহেনবী
নূরা ঙাঙোইলেম্বীগা
তাউজিং হৈরাম্নবদি
তনবা করিগীনোহে ?

শাক্‌বা— চরাম্নবা ঐহাকী
পীক্তনীংবা মহাকী
চাক্ত-পীক্ত নীংবগী
ঈখৌ লাংবা কোক্লবা
তাউজিং হৈরাম্নবনি।

তোমাবা— নদোম পাংশোই নীক্লবা,
মপুয় য়াথং কিদনা
লৈম্রোল্লক্তা চঙবগী
নখূৎ ভূংবুল পরৈ-লাক
কাউরেল, শন্দং হোইবগুম
শাজৈ নমথা থাদ্রুনা
কেগে কোম্নুং য়োনবা
তনবা নঙ্‌বু হোইব-তাই।

শাকবা— চানবিয়ুদা অঙম্ব',
লম্নাইদবা ওইবনা
কেগে লৈপাক মপুগী
য়াথং তাজহোদরে।

তোমাবা— পানাই-পীনাইদদ্রুনা
বায়ক-বাতেমদবনা
চৎন-চম্ন-খোগম্লোন
খঙ্‌বা হৌনবরদো।

শাকবা— ( শাউনা ) অচ্চা, হায়য়ু তোমাবা!
নতীক করি লৈদ্রুনা
পীবল পাবয়বদে?

তোমাবা— নতীক করি লৈদ্রুনা
মূয়া ভাঙোইলেম্বীগী
ফিজী-ফিনা নেৎপদে!

শাফবা— হায়, পঙ্‌ফত্তবা মীচোপ্পা,
মাঙ্‌হন্‌-তাহন্‌নীংদ্রবা
পামজরবা হৌ-য়াইদি
মাঙ্‌খি তাখিদনবা—
হক্কাইনবা ফিজৌনা
নাইন্থু কিশি লাক্কুনা
শাগোম্বনা থম্বনি।
অসি খঙ্‌দ শাত্রহে!
অদুগবু নহাক্না
পীবল পাবম্বদি
শাগম্বা হোৎনোদো।

তোনাবা— অচ্চা লমজা চীস্থীবা।
নতীক নপা নস্তনা
থাঙাঙ্‌ অদু কাঙ্‌বগী
মিয়েল কাঙ্খ্রুম্নুংদগী
য়াইবি কাংবা তায়েদো।

শাফবা— হা হা হা হা হা তোনাবা!
পামক্তবনা মহেন্‌বা
সুংশিবনা মথোইবা
মীয়ম্লেম্নি খঙ্‌ঙুনে (হে)।
চীংথং খোমোল অঙলো

হুয়াই লীক্লু অখেংলা,
নূরা মচা ইবেম্মা
পাম্মু কনাই মশুংলাং
মীনাইশিংদা চন্দুনা
চীংদা কানা শিঙজনখি,
পাত্তা কৃম্না লোংখোনখি?

তোনাবা— অচ্চা, মাগুম্বনস্থ
তোনাবগী চীম্বক্তা
ৱানাঈড্রনা চীন্দারী!
শাউথোক্লকপা মতমদা
খাম্বী মৈরীগুম্লবা
তোনাবদা শিঙ্‌ল'দি
শিংনা শানি খঙ্ড্রহে।

শাফবা— ৱারেম থোরেম শূতুনা
অমুক নামৎ মাঙ্‌লম্মু।
য়েংনসি লাও, চঙলকউ
থাম্বি মৈরীগুম্লবা
তোনাবগী পাঙলগা
লাইজ ঈরীগুম্লবা
শাফবগী থৌনাগা
খাম্বি মানা চাকপন্না
লাইজ মানা মুৎপন্না

নীপা থোক্না য়েংনসি ;

তোনাবা— লাউহে লমজা চঙলকউ

খুদোঙহনা নহাকপু

নৈমায় থক্কা লংথগে।

( অনীমক কোম্নখ্রে—লেং লোবা তাব্বন্নে—খরা কৈরগা শাফববু তোনাবনা খুদোঙ পুথংখ্রে— মফি শেম্লম্বা পেবেং হন্নাওবন মকোক-হাই-রক্লে— তোনাবনা খুদোঙ শেংপা ওম্লক্ত্রবদা শাফবনা শিংথনক্লগা তোনাববু নীংগোঙ ছন্দুনা উন্নাং অমগী মথক্তা লংথখ্রে— তোনাবা ইক হায়দুনা লৌ-মাঙদুনা তাখ্রে--পেবেং হোচিল্লকই--শাফবনা ইনবদা তোনাগী মখোঙ ময়াদা তুখ্রে –তোনাবনা শাফবা মপোং পুদুনা চংখি-তোনাবা ফুক হোগংলি )

তোনাবা— হায়—মীনাইমচা লাওনেহে—

উফুল-বাইফুল পক্লিসে

কম্হোক-খোক্তোক্লোনেহে !

পেবেং— ফনা ফরে ইবুংঙো,

ননম পোম্তক তোরম্বা,

চুমদ্রিং চুমথোকপিরক্লে।

( কম্হোক কম্হোক্না অনীমক চংখি )

— — —

# ঙশুবা উংপা

## কেগে কোন্নুং

মতম - শঙ্গাই মাঙ্গোল

মতম - নুমিদাং বাইরম।

(ঙাংঙোইলেম্বা য়াম্না অহল ওইরে-মনিংতা ওইনা নিংথৌ ওইরি—লৈবাক্কী ৱায়েল থোদা পূম্নমক ফমদো হুন্ফমরিনা পুরে—অঙম্বশিংনা তৌনিংবতা তৌদুনা। লৈ-ঙাক্লে নিংথৌ অসি মনাই খরনা খোগন তৌদুনা তাংবন্দা ফমদুনা মরু-লৃক্লা ৱানা লৈরি—নোংথোল চঙ্লকই)

নোংথোল— তুবী মহী-হীমেংবা,
ঙাঙোই নিংথৌ পুরিক্লাই,
মনাই নোংথোল তোল্লবা
লাইরেল পৃকল্লোইবনা
নোঙ্গুরিয়ে ইনিংথৌ। ( খুরম্মী )

ঙাংঙাইলেম্বা— চঙ্লকউদা অঙম্বা
ফম্ফম্লাংদা ফম্লোলাও।

নোংথোল - নোংদম খোম্মি ইনিংথৌ।
ঙসি নোংলেন নোংজাদা
মনা মায়থোঙ্ খে-গুম্লাং

তাঙজ লৈখা খোনববু
ঙেনফত্রবা করম্বা
অরা মৈশা লাংবনো ?
থূয়া থাগী ননাইদা
নোংদম্বিনি ইনিংথৌ।

তাঙোইলেম্বা—করি তৌদে অঙম্বা।
ঐগী মোইরাং লৈমনা
তোরাং থক্তা থরোওল
হেৎগী নাহে তান্দুনা
শল্লাং খোইবাক শাবনা
থম্মোয় ওমচারুদুনা
তাঙজ লৈখা খোনবনি।

নোংথোল— মাত্রুইদমক ওইর'দি
সনা পূক্লীং লিনগোইনুং
পঙ্‌রা রাবিরুম্নুদা।
নখৌ'বুংডো থাংজিংনা
তীনকোক লাইকোকপিরগা
অরা মৈচাক পূম্নমক
কোক্লোইদ্রদো ইনিংথৌ।

তাঙোলেম্বা— অদুবুনে অঙম্বা,
ঈরাং চবাল থাদুনা
থৌদৌ লাংদোজদুনা

ইধৌ'বুংগো মহাকপু
কয়াই মতীক থুরুম্রে
কোকপা কোবা মরৈত্রে
খঙ্দ্রে করি থোক্কবা।

নোংথোল— ভাভোইনিংথৌ পুরিক্লাই,
নমু তাইবং হায়বসে
শিরসম্ হায়দুনা
হুন্দোক্লসু মশিদে;
শিখিগম্ হায়ড়না
থম্লবসু মশিদো।
নোংদম্বগী চৈথাবু
খাঙ্গদবা কনানো!
মাগী থুখৌ ভাইড়না
পাল্লিবনি তাইবংসে!
তয়াং তশোইবিখিসু
ইবেম্মগী লাইবক্তা
তম্বা অমা লৈরম্নি।

ভাভোইলেম্বা— অদুবুদি অঙম্বা,
তাইবং ঈরেন ঈপাক্তম্
তাউর্থারিবা কনানা
কায়না মৈচাক পুদনা
কপ্তুববু য়াওবরা!

মোংথোল— অচুম্বনি ইনিংথৌ,
'চুকী মতীক খল্লগা
'চুকী মতীক কল্লগা
অহোইনচুম বারকপা
ভাইবং মীগী মপোক্কি।
ননাও'বেম্মা লৈমগী
তীনকোক লাইকোকপিনবা
নবুথোদা চঙ্জসি
মাচুতনা শাফনি।
চাঙোইলেম্বা—চুম্মি, চুম্মি অভম্বা,
মাত্তুতনা য়াইফনি।
মোংথোল— সনা পূক্ষীং লাঙ্লিন্তে
সনা নাকোং বাইচিনবা
থোক্লগত্রা ইনিংথৌ!
চাঙোইলেম্বা—করি পাউনো লৈপাক্কী
হায়য়ু তাসি অভম্বা।
মোংথোল— কেগে নিংথৌ লায়িংথৌ,
নরোয় শেম্বি ভুমুনা
লোইপোৎ কাম্বক্ববসি
কুমজা অনী শুরক্লে।
লেপ্পথিবা তুংচম্মা
থোরুনবা থাৎবা

মনাই তোলোংখোম্ববু
শিবা মচেৎ খাক্লদুম্
ফ্ বিদুনা থারক্লে।
ভাঙোইলেম্বা—করি হায়বা অঙম্বা,
তমুম তোলোংখোম্ববু
শেম্বি তুমু নৈপাক্লা
ল'ক্লবিরক্লবকো!
নোংখোল — ননাই উচিন-নাচিয়া
য়াইবিতদি হিংজক্লকই।
ভাঙোইলেম্বা—ওম্বোক্লবা মতমদা
ওম্বোকপা-ভাক থোকই্দা।
নোংখোল— বারম অসি তাবদা
খোয়শাউরবা লৈপাক্লা
তুমু লান্দা-নবগী
সনা য়াথং ঙাইদুনা
মুখোঙদা খেলহৌরি।
নোংদম্বিয়ু লৈমাবা!
ভাঙোইলেম্বা—লম্মন খুম্বি হায়দুনা
লৈপাক মীয়াম পূম্নমক
লোক্লমা খেলহৌরবকো।
নোংখোল— শেম্বি ভামলোয়নবা
হুয়েল মন্তাল নাইহৌয়ে।

ভাঙোইলেম্বা— অচুবুনে অঙম্বা
হন্দক মন্নক অসিদা
য়াইফ লৈত খুদম্না
তোয়ররিদো ঐডোন্দা।
মীৎন্নঃ মীচ্চি খপচিংনৈ
পাম্বোম মিহুল খপচোংনৈ।
চেক্লা মুবি ক্বাক্লন্ন
অরাক তম্না খোংলন্নি।

নো থোল— ইনিংথৌ !

ভাঙোইলেম্ব—অসিগুম্বা শোইনাইবা
য়াইফ চেন্দ্র, মতমদা
য়াইথি য়াইফ তানবদি
য়াওল য়াতা য়াদ্রবা
য়াইথোং য়াইপুং ফংভি হাই।
শিননবা শীম্নুসি,
পান্নবা পান্দমসি,
করি হায়্নগে অঙম্বা ?

নোংথোল— সনা নোংদম খোন্নিদো।

ভাঙোইলেম্বা— মন্নান-মপোৎ-ফারবা
তাইবং মাদি তাকপনি।
য়োঞ্জন্নকপা মন্নানগী
মপোৎ কাহনখিসিবা

মন্নানংশা তাক্লবা।
ঐগী ফিবম চেৎলবা
য়াইফ ইচুল তম্লকপা
নোংজা অদু য়েংলগা
শেম্বিতুমু নিংথৌগা
লাম্বেংনসি হায়ববু
লান্দা পূক্লীং লৈচু-ন
লৈতাবা লৈপাকী
লৈয়েং ফাবা খোক্লদ্রা ?

নোংথোল— সনা পূক্লীং থুংনবা
খোয়শাউরবা লৈপাকপু
ননাই তাইনজরুগে।

চাওোইলেম্বা—য়াম্না ফরে অঙম্বা।

(নোংথোল খুরুম্নগা চংখি—পেনেৎকা লোইননা তোনাবা লাকই)

তোনাবা— কেগে নিংথৌ য়াইফবা.
য়াইফরেনগী য়াইতোঙবা
ননাই নিঙ্ঙোল লাকপনা
ইদুই কাইদা লৈদপক
সনা খুয়া খাদুদা
নোঙ্গুরিয়ে ইনিংথৌ।

চাওোইলেম্বা—তম্বম, করি হায়নিংঙি ?

তোনাবা— ভাভোক-নিংথৌ পুমিরাই,
হংগংলসু মাতাখী,
হংগংসুসি মামাঙ্‌বা
মাকমিদা ইনিংথৌ।

ভাভোইলেম্বা—হায়রু তাসি অচানবা।

তোনাবা— নৈমা নিংথৌ পাম্মুনা
মাম্নেল থৌদাবিকগী
কাম্নখিদ্রে নৈমাবা।

ভাভোইলেম্বা—করম তৌনা ইদাইরেম?

তোনাবা— সনা য়াথং হায়'সিদি
চাকপতনা থৌওইবা
খাম্বি মৈরীদগীসু
থোইনা চাকথেক্লিবনি।
ইঙ্‌বদগী ইঙ্‌লবা
মাকচীং উপ্লেন্দগীসু
থোইনা ইঙ্‌জলিবনি।
ওসি নোংজাসিদদি
অদুগুম্বা নয়াথং
মরা য়াওদ্রে'পাম্বগুম
ময়াই চম্ম্লে ইনিংথৌ।

ভাভোইলেম্বা—হায়রু তমুম অচামবা,
মাথাঙ্‌ য়ৈনা মাকথজৌ।



তোনাবা　　খোংজোম পক্না সুংলবা
　　　　　মপুরসনা নোংদম থোল,
　　　　　থোমংবে লৈপক লৈতানা
　　　　　লৈঙ্কা শেংল, লৈরাংগুম।
　　　　　মাসিবুনে ইনিংথৌ,
　　　　　অঙরুনী মথোগ্নি,
　　　　　চাউরিবীনি হায়ডুনা
　　　　　অসুম তোকপিরগদ্রা ?

তাত্তোইলেম্বা—করিনিনা ইদাইরেম ?
　　　　　বাগী লংজিল কাওুবা।

তোনাবা—　ভারমচোংদা কাদুনা
　　　　　"থাংজিং লাইদা কৎলক্কা
　　　　　হৈরাঙ্, লৈরাং হেক্পদা
　　　　　কুয়াশিংগী থোঙ্লোই-ওই
　　　　　পাখঙ্ কনা ইনফক্ষে।"
　　　　　নখা য়াথং নত্তব্রা ?

তাত্তোইলেম্বা—ইমোম শকপী তাত্তোইনা
　　　　　হায়জববা ফুংইমা
　　　　　ঐনা হায়দোকখিবনি।

তোনাবা—　অদু ওইহিক্লবদি
　　　　　নখা য়াথং কিদনা
　　　　　লকল-লক্কাই তাস্তুনা

পাখঙ্ খোঙ্লোইনরুকপী
খোয়চৎনবী নুরাসে
চৈরাক পীবিরোইদরা ?
ভাঙোইলেম্বা—লৈম্রোনশিংগী খোঙচত্তা
অয়েৎপবু লৈত্র'দি
করি কায়দে ইদায়রেম।
নুরাদুদি কনানো ?
তোশাবা— নোংখোলবগী মমোয়োন
খোয়চৎ বাংচৎনরবী
নুরা ভাঙোইলেম্বীনি।
ময়েক মশোন নাইরবী
নুরা মানি হায়দুনা
চৈরাক পীবিদ্রবস্ু
খোঙ্লোই ওইনা লাক্লিবা
পাখঙ্দুদি ইনিংথৌ
বারকপিফম থোক্ত্রা ?
ভাঙোইলেম্বা—পাখঙ্দুদি কনানো ?
তোনাবা— মশক মমিং খংজদে।
ভাঙোইলেম্বা—ফাহৌবদি কৈদোই ?
তোনাবা— মাবু ফাগে হায়দুনা
শয়ঙ্ পাম্বোম ভানজে।
অদুদা— (ইকাইরপ তৌই)

ভাণোইলেম্বা— মখা হায়খৌ লৎকনু।

পেবেৎ— অসিনিমা ইনিংথৌ,
স্বপ্ন শুপশোন কোন্দুনা,
লফোয় শঙ্গোম তোৎপগুম
তোনা তোৎখায়রম্লগা
য়াওনা খোঙদোয় হুনখরে।

তোনাবা— মাবু তম্না ফারগা
লোক্তাক ভামি গেম্বিয়ু।
অদু নৎহিক্রুবদি
লৈপাক কনা'মতনা
মপুয় সনা য়াথংবু
থোইনা থোশানরমোই।

ভাণোইলেম্বা—উম —
পাউথোকপদি য়াদ্রবা
পাখঙ মানি তোনাবা।
চহি কুমজা কয়াবু
মুক্তা কাঙজৈ খোইদুনা
মনম লৈতারক্রবা
নিঙ্ঙোল লাকপা তোনাববু
তোৎখায়রম্বা মহাক্তো
অচম্বদি নত্তেকো!

তোনাবা— অদুননি ইনিংথৌ —

তাম্ভোইলেম্বা—চৎলো চৎলো ইদায়রেম,
মনীং তোজো হায়দুনা
লৈত্রোনশিংগী মফমদা
ঐনা হায়খ্রবননি।

তোনাবা— নয়াথংদি কাম্নত্রে—

তাম্ভোইলেম্বা—য়াবা মথা তারম্নু।
লৈপাক্কীদি ইরাওবে,
লৈমাকোনগী লাইনাবে,
চমম্বরি নিংথৌ ঐ।
থৌনাইদবৈ থৌদোক্তা
থৌথি—থৌশারুনবা
ঐগী মতম লৈতরে।
চৎলো খোঙ্দোয় হনখরো।

তোনাবা— নিংথৌ হায়বা অসিদি
লৈপাক ঐখোয় পৃথ্বী
বাকৎফম্নি হায়দুনা
অতুক হঙ্গচ্চবনি।
লৈপাক্কীদি ফম্নাইবা
নিংথৌ ভম্বা অভম্বা
ফমদৌ হুম্ফু মরিদা
তম্না বাকৎলোইদ্রবদো।
(পেবেৎকা লোইরবা চৎথি)

**তাম্বোইলেম্বা**—অচ্ছা ! মাগুম্বনস্থ !
ঐবু উশিন্দ্রবকো ! !
কমদৌ হুম্ফু মরিগী
মখা পোম্না লৈরবা,
মচীন চংপিদরবা
নিংপৌনিদি হায়দুনা
নাওরোরিবা ওরাংতা
নাওবা ফাওনা ঐহাকপু
উশিং-থৌওইদ্রবকো !
অহল ওইবা তোম্লিদা।
( মনাই অমা চেম্বোক্লকই )
**মনাই** — কেগে নিংথৌ য়াইফরেন,
মোইরাং লৈমা ইবেম্মা
লাইওং অমা হোংদুনা
মতা-মোইনা তৌখরে।
**তাম্বোইলেম্বা**—করি ! মোইরাং লৈমবো,
লাইওং অমা হোংখ্রুবা !
( ইফিং-ফিংনা চেনশিন্নখি )

---

# ৪ শুবা উৎপা

## নোংথোম্বগী ইংখোল

**মফম**—হৈপাল লৈপাল হোৌবা লম
**মতম**—কাওরেল শল-ওক মতম

তয়ানি পানবগী থাজনা নোংপোক চীংদোন মথক্তা মুমিং তাবা মুনা মুনা য়েংলি। ঙাঙোই লেম্বীনা লৈ হেক্ল হেক্ল ইশৈ শক্লকই।

### ইশৈ

পাউজেল কনবা নামিবা
হাদা মালং পাওখোল্লোই!
লোইবি নাপোম য়ারেকপা খোইমু মপাও পুবরা
লৈরাং তম্না হুম্ববু?
লিরি ঈহুল লোকপদা
তপাম মরাঙ্ হৌরবী
ঈয়াঙ থাংবী লৈরাংনা ইকাই ইকাই নোকপবু
মুংশি মপাউ তম্বরা?
(নাকল অমদগী ইশৈ শক্লুনা থারিকথা লাকই)

### ইশৈ

পাম্মুয় মপাউ তাবদা
মুংনাং মরাঙ্ ঈয়াঙ্ হৌ
হয়াও মথোয় কাদুনা তাইবং মালং কাউরবী
হাদা লৈরাং হাখিম্মু।

নঙগী লৈরাং লৈনানা
চয়োম শানা য়োমদুনা
মকাউ লৈহি কত্তুনা    ফাজিন্দুনা থমত্রিভৈ
নঙগী ওইরে খল্লুম্রু।
লৈনৌ উর মুংওনবা
লৈয়াম পাম্বা খোইমুনি।
লম্মথাংগী লৈরাংদা    লমদনখিবা খোল্ল'দি
নত্তৌ য়েংবা ঙমজরোই।

ভাত্তোইলেখী—করম্বগী মৈচাক্লো,
থাংঙমদেদা ইতারোই।
খল্লোই নীংঙি মখল্লি,
কাউগে খল্লি মকাউদে।

থাম্বিকথা— হৌনশানি ইবেম্মা,
হৈরাঙ্ উরে হৈঙমদে,
লৈরাং য়েংলে লৈঙম্‌দে।
পাযেল ফৈরা মথক্তা
পোম্বি চেক্লা অনীনা
চীল্লোরুবা উরগা
কল্লকখিবা হায়রুদি
লোইপোৎ নত্তে থাহুনা।

ভাজোইলেম্বী—মুজা ওইবী তোল্লিদা!
নীপা ওইজবল্ল'দি
লমথাঙ্ যৈনা চত্তুনা
যুমথোঙ্ খুদিঙ্ চঙ্‌ছুনা
মাবু থিগদবনি।
হায়দোবনি মডোন্দা
মীমুংশিম্ন খঙ্‌দ্রবা
মীতা য়েংনা মীওৎপা,
মাঙ্গ মায়থোঙ্ মিহোবী
মিতাজবী শানোবু
করিগীনো শাবিনা
থাম্বি থকী শারবা
কম্বী থক্তা ভৌরিবা।
(ফিজীনা মমায় খুমছুনা শূৎ শূৎ কপ্পী)

থারিকথা— কপ্লু কপ্লু ইতারোই,
কপ্পা কপ্পা কায়নবা
অাইবংমীনি কাউদনা।

ভাজোইলেম্বী—কনাই মতীক লৈছুনা
কাইনহন্দোরিবনো—
মঙ্গুংলাংগী কায়রবা
ঐগী থম্মোয় লকাদ্রা
উকম হক্কুনা চাদ্রা।

চন্দ্রশিনখ্রবা শক্তম্বু!
কাইরেল কাইজাউ মপুংদা
খাম্বি মৈনা চয়োমশা
চাকমিয়রদোবনি
অমুক কায়নদনবা!

খাম্বিকথা— অঙুবুনে ইতায়োই,
খোইনৌ নঙদি চান্নবী,
অফ-মুংঙাই-কোন্দ-পোক
নিংখোরেনগী মমোমশক
তাইবং মপোক লাঙঙানগী
অৱা-মৈশা লাংদ্রিবী,
ইবাংলোম্নি য়াইফবী!
মীয়মেনগী মীৎয়েংদা
নঙগা মাগা তান্নেনে।

তাঙোইলেম্বী—করম তোনা ইতায়োই;
মানা করি ওইদুনা?

খাম্বিকথা— লোক্তাক ইঙ্কিং-লোংখোনবা
মীরোংশিংনা সুম্না হায়
মাদিনেদো ইতায়োই,
যুম্নাই-খুম্নাইদবনি
চাকথুং-ফিথুংদবনি।
ফুম্বী থক্তা লোক্তাকী

চম্পু খাংপোক অমদা
নাইতোম তাবা চেক্লাগুম
মতোম্মতা লৈ হায়দো।
খুল্লক-লৈরক চঙতুনা
শিল্লংতুনা চায় হায়নে।
অদুগুম্বা মঙোন্দা
নঙগী পলেম পম্থৌনা—

ভাঙোইলেম্বী—অদুগুম্বা মহাক্তো
নূরা ঐগী কাদদি
অবাং-ফাংখোং য়োইরেম্বা
পাল্লোই তাম্বা লাইনিংথৌ
খোয়ুম মাগুম লুরবা
নীংন-ঈরাচ্চফম্নি।

থাম্বিকথা— অদু য়োনা নীংল'দি
লৈম্রোন চাকচানবগী
লম্লেন লোক্তাক কুমহুনা
লেপ্লে শারম তানবদা
মাবু কোয়থি-থিরগা
উনথোকসি ইতাম্মোই।
অমুক বাক্লুরগনু।
ঐনা লোইনা শীনগনি।

ভাঙোইলেম্বী— ফরে ইতা মং চৎলো।
ফমনবা শীল্লুবো।
হয়েং খাঙবা নোংজাদা
লোক্তাক কূম্বা ভাথিসি।
লৈশ্রোন পাউজেনবিরুবো !
থাম্বিকথা— ফরে ইত্তা ঐ চৎলে।
( চৎখি— ভাঙোইলেম্বী মরু লূকথদুনা খোঙখাঙ অমা
অনী থাংবক্লে— লীচৈ তুঙ্গোল অমা পায়দুনা তোনাবা লাকই )
তোনাবা— নূরা ভাঙোই ংবেম্মা,
চিঙ্গোয় পাউমেন্নখিসি,
নোরা খোং দোয হুনখিনু। (মমাঙদা লেপ্পী)

ভাঙোইলেম্বী করিগীনো তোনাবা,
ঐগী খোঙচৎ থিংলিবা ?
তোনাবা— ঐগী পাউমেন তারগা
নূরায় পাউখুম পীনবা !
ভাঙোইলেম্বী - নঙগী করি পাউমেন্নো ?
তোনাবা— করি ওইকম খোকপগে ?
ঐগী পুন্সি খোঙচত্তা
থম্মোয় মুংদা ংপ্তুনা
খোম্লেন তূমখুল তাল্লম্বা
অপাম-মুংশি-মুংঙোনদু

য়াওল-য়াকায়বিখিবা
নুরা নঙ্গী শক্তম্নি।

ঙাঙোইলেম্বী—ঐগী শক্তম অসিনা—

ভোনাবা— য়াতায়রে থম্মোয়দা
সুংশি য়াওল্লক্রবা
ঐগী য়াইবি অসিগা
য়ারেকমিন্নবগী।
খোয়েন-মীৎকপ্লকপগী
অহানবগী মীৎয়েংদা
শক্লেন মিয়েল তাথ্রবী,
থম্মোয় চুবী, মীচ্চুবী
নঙ্‌গী মায়থোঙ্‌ থম্বাম্নি।

ঙাঙোইলেম্বী—ঐগী অদুগুম্নবী—

ভোনাবা— নঙগী অদুগুম্নবা
মায়থোঙ্‌ থম্বাল অপামলে,
অপাম্ফমদা থাজগে।
ঐগী মীৎয়েং চোঙ্গনা
লৈশাৎ য়োনা শাচ্চরো !

ঙাঙোইলেম্বী—মাহুয় বাখল ওইর'দি
নশা লাইমল চেম্নবা
অমুক খল্লুরগনু।

ভোনাবা— খোয়গন্সুদা নূরা-ও !
নভীক্ ইতিক চোয়চাং-তম্
মপা লাক্লা হায়বনি ।
করিগীনো নূরানা
অদুক পঙ্খোয়-খোয়ববো ?

ভাভোইলেম্বী ওক্রে তো'ক্লো ভোনাবা,
মখা অমুক তারন্নু ।

ভোনাবা— নূর! ভাভোই ইবেম্মা,
হায়জৈ খঙ্না হাইগৎপ্রা,
থেমজৈ খঙ্না থোয়গৎপ্রা ?
নশুং লাংগীদমক্তা
তাইবং মীনোক ওইরবা
লাইবক চাউবা পাখঙ্বু
মুংশিবিদে করিগী ?

ভাভোইলেম্বী—তাইয়োম্নবা নোংদম্না
তম্বিরক্তবননি ।

ভোনাবা— ইতো য়েংনা নেমথখো ।
পানমিন্নসি কৈদোগে
থম্মোয় থম্মোয় পোম্বা-থা
য়াইবি য়াইবি য়াইচম্ন
পান্নফমগী তাইবংদা ।
থোক্মিন-ভানমিন্নসিনে
পূন্সি নোংদোল ম্নগক্তা

তৎন থা-ন লৈত্রব্ম
থোৱাম্মিচাক নোংজোন্নগী
অপক্ভাগুম পক্লনা।

ভাভোইলেম্বী—নত্রে নত্রে তানীংত্রে।
ওইরোইদোবা বাভাঙ্না
নাকোং-শিঙ্জা য়েদুনা
নোকক্রেম হায়গ্রেম্বরম্ব।
বাহৈ-বাশা তাদুনা
ইকায় শেঙ্গোয় লাংদ্রিবৈ
চথোকপিখ্রো হৌজিমক।

তোনাবা— হা হা হা হা হা!
থোয়চৎ-বাংচৎনবী,
হায়ম্ব তাসি অদুদি—
নোঙ্গুরিবৈ মতমদা
অদু য়োনা শিঙ্ল’দ্রি
য়েক্ল তিংখং ওইদুনা
নঙগী মাঙ্ন-শীল্লকপা
মতম অদুমক্তদি
করি ওইবা ভমজদ্রি?

ভাভোইলেম্বী—মতমদুদা ভাভোইনা
চীকথংকনি নশাদু

তাঙ্জা লিনখাক ওইদুনা
ফোয়দংকনি নকোক্তু
পাম্বা কৈরেল ওইদুনা।
নঙ্না করি ভমগনি

তোনাবা- ফরে ফরে য়েংনসি—
নুরা-লিনখাক ওইবীনা
পাখঙ্ ঐবু চাকপরা ?
পাখঙ্-শাজে ওইবনা
লিনখাক নঙ্বু কম্বরা ?
কৈরেল-য়ানা থোবরা
তাজীন্ মাশা লেংবরা ?
অদুক লেপ্লু চেনগনু
নুরা পাখঙ্ মুরুসি !
হা হা হা হা হা !

(কাগে হেক তোবদা নোংথোম্না ইমুংদগী কোরকই)

থোংগোল— ইপায় ইমোম চরেহল।

(তোয়রা তোনাবা কেরু কেরু য়েংলম্লগা লাংখোং চোংদুনা চেনখি)

ভাতোইলেম্বী—লাংখোং ফৈরা চোংদুনা
চেল্লিবরা তোনাবা
নীপা থোক্না লেপ্লুশা !

তোনাবা—মখো নেকপ্রা চীম্বীবী ! (চেনখি)

নোংথোল— (মন্নুংদা) লাংলেন মঙ্‌বু কৈদা লৈ ?
'পানা কৌবা তাদত্রা ?

ভাভোইলেম্বী—'সিদা লৈজে অপোকপা।
লৈরাং নাপ্পা থেৎন-চিন্
তাউজিং চীন্দমজরিয়ে

(নোংথোল য়ৌরকই)

নোংথোল— আ—চঙ্‌লো চঙ্‌লো ইবেম্মা,
ইপা চথোকলুখিগে।
চথোক খোক্তোক্লমগন্‌নু। (ভাভোইলেম্বী চঙ্‌খি)
মীৎয়েং উয়োল লাকপদা
কয়া নুংঙাইত্রবনো!
মুবা হায়বা য়োংসিনা
লাঙ্গোইবুতা মহোৎনৈ।
হৈখোঙ্‌-লৈখোঙ্‌ শেংখিদ্রে।
চূমথাং তিঙ্গোই নাপীনা
ইউপ উপশিন্‌খরেসে।

।চৎকে হায়না মমায় লৈথোরকপদা শাকবা লাকপা
উয়ে য়েংঙুনা লৈ।

শাকবা— পন্থো মানবা ইপা-ও,
য়ুম্বু ওইবিরবরা ?

নোংথোল— মানি ঐহাক য়ুম্বুনি।
হায়জনিংবা লৈবরা ?

শাকবা— শিল্লংজগে পম্বৌ-ও !
পাঙ্গল থেক্লা নোম্লগা
চাবা'মতং চাজগে।

নোংখোল— লমদম কৈদা লৈবনো,
কেগে কনাক্ত মচানো ?

শাকবা— কোয়পাই পাইবা চেক্লাগুম
ঘুমগোয়দবা মচানি।
শাইওনসিগী লাংদাইদা
শেৎন-খাইনয়কপনা
পম্বৌ মিংলেন পন্‌ভমক্রে।

নোংখোল— নঃগী কোলোয় নমিংদি ?

শাকবা— তরঙ্‌ মালং পোমাবা,
চেংলৌ শাইয়োন শাকবা
লম্লাইদবা কৌজেদো !

নোংখোল— (নোক্তুনা) নশক্তুগা নমিংগা
লাইমা চূনৈ নহাকসে।
ঐনা অস্থুম য়েংবদা
লোঞ্জা-নবা ওইনা-উই।
অদুম অদুম ওইনমক,
চত্তৎনবা তাক্তবংবু
চকম তোঙ্‌না হলহনবা
নোংখোল ঐগী শিঞ্জাংনি।

শাকবা— এঃ! অঙম অখোৌ ঙাইরেকো!
নোঙ্গম্মিয়ে অঙঙ্বা।
(খুরুম্মী)

নোংথোল— লাকও, পাখঙ্ চঙলসি
মনীং ভম্না চাজরো।

শাকবা— নোংদম্বিনি অঙঙ্বা।
য়াংদৌ মাগুম ভোম্ল'ঙু,
চরী চহুই তঙুনা
য়াইবি তচ্চা-নরম্মু
মীগী চাক্লেম চাজদে
চরৈ ফিয়েম শেচ্চদে।
পাঙ্গল থেক্লা নোমজগে
পীজবদু চাজ্রগা
পেপ্পগেনে অঙম্বা।

নোংথোল— ফয়ে ফয়ে অদুদি—(থিন্দুনা)
তো তো, আদা লৈব্রিবা
কোইরেন থাঙজো অসিগা
য়োৎপাকসিগা লোরুচো!

(চংখি—পুরকই—ভাঙোইলেম্বীনা শাকববু উহোই)
আদৈ 'লৈচীন'সিদগী
অসী য়োবা কাওবলি
লোইনা হাম্মাৎলম্মুকো!

শাকবা— নশাই পাংখোকচরমগে !

(শাকবা নাপী হাক্কৎপা হোই—নোংখোল চৎখি মুমিৎ তাংখ্রে—থাবল্লা য়াখোঙ্ লোল্লক্রে—লোইনবা কল্লা শূবনা শাকবা লৈকোনগী অতোপ্পা ৬মথে য়োগদোরে—মতম অসিদা পাখঙ্ অমম্ম ইশৈ শক্লা শক্লা লম্বী চৎলি)

ইশৈ

পাম্মু পামেল উকাদা
শাইদাংবিল্লী হা লৈরাং,
মেলৈ লৈগ্না নংজুম্বাল কদাম্বদি লৈমুংশি !
কালেনমুংশা মৈরক্তা মালং-তাংখক ইপোমদা
চাইনা হুম্না পানবদি
মঙ্দ নত্তে শিংঙেল-ও !
শাবি শাগল শায়াদা
শাইদাংলিবী শামোম্ম
তাইবং মৈশা মরক্তা অরা অনা খঙ্দনা
মুংশি লাইজা ঈহোগী তাঙ্বোম তাংখক ঈহূন্দা
ঈথক ঈপোম-লাংজনা
শিরোইদোগুম মপাঞ্জে !

(ইশৈ তানা তানা থম্বাল অমা মনম নম্ম-নম্মতুনা ঙাঙোইলেম্বী লাকই—লৈ অমা হেকই—মনম নম্মী—হুন্দোকই —অমুম তোবনা মকম অহু লৈনা পূমচাই চাইরে—শাকবনা মমায় কৈথোরক্কুনা লাকপা উবদা ঙাঙোইলেম্বী মনা পুংশ

হৌরিবা লফুরিৎ মরক্তা লোৎখ্রে—পায়রিবা থম্বাল অচুনা লফুরিং মনা মরক্তগী মপাল্লোমদা থিন্দোক্তুনা পায়রি—শাকবা য়োরক্লে লৈ ময়াম চাইখাইবা উরে )

শাকবা— ইমাইপেম্মা করম্লো !
মীরাল হায়জিল্লক্তুনা
লৈরাং হেক্লোকখ্রবোইনা
হায়-হায় কনা কনানো
অচৌকোনগী লৈকোনগী
লৈরাং লোনহেক্লখিবা !
নঙ্বু ফংলম্লবদি
কারমগদবনিকো ! ( থম্বাল উরে )
ইয়া - কয়াদনোসে !
কংফাল লৈগী মচুক্তা
লাইজা লৈরাং থনম্বা
হোরৎলিহাই তাইবং-ও !

(হায়দুনা থম্বানগী লৈখোক পায়বদা ভাঙোইলেম্বীগী মখুৎ পায়শিনখ্রে—চিংথোরকই )

ভাঙোইলেম্বী—অয়ো ইমা, খুৎতৎলে।

(খুচ্চিংগী ভুংইনা হোচ্চিল্লি—শাকবা ইকায়দুনা লুকখি)

ঙাঙোইলেম্বী—লৈরাং লোনহেক্লবীনি
আ ফাবিরো, পুনবীরো
ঝায়েল চৈরাক ফংজ্রগে।
( শাক্ববা তুমিন্না লৈ )
হৈমা! মাইদা ঐহাক্তি!
ইকায়থীবী ঐনদি ইকায়দ্রে,
আ ইকায়:রাইদবনা ইকাইরে।
শাক্ববা— ইতীক ইপা নক্তনা
লৈরাং থম্বাল পাম্বনা।
ঙাঙোইলেম্বী—থম্বালতবু পা ম্বিব্রা
থম্বাল মানবী ঐবুদ্দি
তুকচ-হঙ্গোইবিবরা?
শাক্ববা— লৈরাং থম্বাল পামজদে
তাইবং থম্বাল পামজেদো।
ঙাঙোইলেম্বী—'তু ওইরদি অদুদৈ
ঙারমচীংগী হৈকোন্দা
হৈরাঙ-হৈজিং কাখিবা,
ঙসি পম্থো লৈকোন্দা
লৈনা ঝাখৈজরগে।
শাক্ববা— হৈরাঙ পুনা হায়জবা,
লৈরাং কংনা ঝায়থুংবা
হৌন-লোঞ্চং ওইর'দি—

ভাডোইলেম্বী—লৈরাং অসি কস্তুনা
শাবি শাগল শয়াদা
শাচচরগে শানৌগী
পোমজরিবী থম্বালৈ।

( হায়দুনা মথুস্তা পায়বা লৈরাং থম্বাল শাফবগী মথুত্তা পীরে )

শাফবা— পোমজরিবী থম্বাল্লা
লৈশাৎ য়োনা শাস্তুনা
পুন্সি চুপ্পা চিঞ্জবা
নোংদম নঙনা পীনৌকো।

(হায়দুনা ভাডোইলেম্বীগী মথুৎকা থম্বালগা কোম্নরা মথুৎ অনিনা মথাদ: চেৎনা কোনশিনখ্রে—ভাডোই শাফবব্ চিংনা য়েংজরম্লগা মশাবিগী মখা তম্না তপ্না তপ্না মকোক নোম্বজরক্লে লুমদুনা লৈরম্বা তোনাবা য়েংলম্লগা খোয়শাওননা হনখি)

৫শুবা উৎপা

কেগে কোন্নুং

মকম - মীতিনকম

মতম — মুমিদাংবাইরম

(নোংখোম্বগা লোইননা ভাভোইলেম্বা নিংথৌ লাকই।)

ভাভোইনিংথৌ — লৈশেম্বগী লৈশেম্লোন

থবায়পানবা পৃম্বগী
পাম্নবগী কাঙ্লোম্নি।
তাইবং থবায় পৃম্ববু
লুনা চান্না নীংবনা
খোম্মুম মানা পেনবনি।
মানা তাইবং শেম্বিরে
লাংগোনবিরে মুংশিনা।
মাবু পেলহন্নবনা
তাইবং ঐগী থৌদাংনি।

নোংখোল— অচুম্বনি ইনিংথৌ।

ভাভোইলেম্বা নিংথৌ মপু মানা পাম্বদি
থবায় পানবা খিবিকপু
হাৎপা নত্তে কনবনি।

অসিগুম্বা খোয়ুম্না
ঈগী ঈখৌ লাংতুনা
মীগী ঈভাঙ্ পান্নবা !
ওঃ— !

নোংথোল— মপুয় সনা পুক্নীংদো
লৈতাবিব্না ফগত্রা !
নখৌ'বুংঙো লৈশেম্বা
খোয়ুম মাগী লাইপাউনি—
"মপী মপা খঙদ্রবা
কোয়না চৎত্না লৈরিবা,
য়ুমথোঙ খুদিং চঙতুনা
চাক্লি ফানিজরিবা
তনবা মাবু ঈরাংলু ।"

ভাঙোইলেম্বা— করি ! মীবু ঈরাংপা !

নোংথোল— লাক্ত্রবদি পুমাবা
ইমু নাইমু তাদুনা
লৈপাক কাংখোঙ চাইগনি
নিংথৌ মফম শিনগনি"
অসুম হায়না ফাওবিরে ।

ভাঙোইলেম্বা—ইথৌশিংগী করম্বা
নিংথৌশিংগী হাক্তক্তা
ভাইবং মীবু ঈরাংখি !

করম্বদি মতমদা
নিংথৌ কনাই হাক্তক্তা
নমু তাইবং ওইববু
থাংজিং শরেল চনখিবা।

নোংথোল— থোকখিদ্রিদা ইনিংথৌ।

ভাভোইলেম্বা —খোয়ুম! মীশা পামদুনা
ঈগী ঈথৌ লাংলদি
অহাওবতা চারবা,
অঙ্কবতা শেৎলবা,
নুংঙাই য়াইফ মীপাম্না
ইশরক্তা ওইরকপা
ভাভোই নিংথৌ ঐবুদি
করিগীনো মহাক্না
চানীংদ্রিবা অসিবো!
মপোকঙৈগী নুংঙাইবা
হরাও তয়াম ফংদ্রিবা,
হাউন্সু হাউরম্মোইদবা
পীদৎলবা লমজাবু
খোয়ুম! করিগীনোমে
নঙনা চানীংলিববো!
হা হা হা হা হা!
নঙনা চানীংলিববো!

নোংথোল— মীওইবগী মীরাইথোক
অঙকপনি ইনিংথৌ।
অক্ক-চেনবা য়াওইদো
তাকহনবস্থ মরৈদো!
ময়েক ময়ি কনথ্রবা
লমজা মচা মহাক্কী
মীরাইথোক্কী লৈমাবা।

ভাস্তোইলেম্বা—মহাক চঙলকপদগী—

নোংথোল - কেগে মোইরাং লৈপাকসে
লৈপাক নিংথৌ খাইবুংনৈ।
ভাইনা মভাই খিরক্কে,
কাংগৎ ফাওবা কারক্কে।
অসি খিবিক মপক্কা
লৈমা নিংথৌ কায়নৈদো!

ভাস্তোইলেম্বা—করি হায়বা অভম্বা!

নোংথোল— মপু মোইরাং নিংথৌনা
লৈমা কায়না মৈচাক্কা
থূদাং পিফম তৈরি'সে
লমজা মচা মহাক্কা
খোঙদারকপদগীনি
অস্থম হায়না ফাওরিদো।

ভাণ্ডোইলেম্বা—নত্তে নত্তে অঙম্বা।
ঐগী মোইরাং লৈমদি
পুন্সি খোয়রেল য়োত্নুনা
য়োখিবনি লাইরম্লেন।

নোংথোল— য়াম্না লুহিক্লিবদি
লৈবাক হুপ্পা গিবদা
লমজা মাবু ফংখিদ্রে।
নিঙেঙাল লাকপা ভোনাবা
শামু মীকোক য়াংখৈগা
কেগে খুন্দোল লান্দুনা
লমজা থিবা খোঙশানখ্রে।

ভাণ্ডোইলেম্বা—মাবু ফংলক্লবদি ?

নোংথোল— লৈপাক নিংথৌ অনীগী
য়াইফ চেনবা ওইবনা
হয়েং কোরৌ য়েন্দাদা
কেগে লমদাই পুংথক্তা
লমজা মাবু ঈরাংপা
লৈপাক থ্বাইগী বারেপ্নি।

ভাণ্ডোইলেম্বা—উঃ ! চিঙু নংগী ওম্থোকপা
খোয়ুম নোংদম খোম্নিদা !

নোংথোল— অসিগীসু মথক্তা
নখৌ মানা ফাওরিয়ে—
"লৈপাক মরা তপহনগে;
নিংথৌ খুবম চেৎহনগে;
ভাঙোইনিংথৌ মহাক্তা
কোলোয় মিংমান্নরবী
নুরা ওইবি অমতং
লৈমাশিংদা চলহল্লু।

ভাঙোইলেম্বা—করি হায়রবা অঙম্বা!
চহী চৈথা চাবদা
চুবা চাইরুং চপ্লবা
ঙৈভে নীরু' মতমদা
লৈমা অমা থিবকো!
হা হা হা হা হা হা
খোয়ুম! — খোয়ুম— !

নোংথোল— ইনিংথৌগী কোলোয়গা
মিংমান্নবী থিবদা
অতৈ কনা ফংখিদ্রে।
নোংথোল ঐনা পোকচবী
ইমোম ভাঙোইলেম্বীবু—

ভাঙোইলেম্বা—(ফিংনা) অঙম্বা—!

নোংথোল      লৈপাক চঙনা ফাবিরে।
ইমোম মাবু হৌজিক্তা
লৈমাকোন্দা পুশিনথ্রে;

ভাঙোইলেম্বা—(ভক্লা. কিনা) করি—! অঙম্বা—!

নোংথোল—   ইনিংথৌ!

ভাঙোইলেম্বা—ইমোম শাচ্চদবনা
ইমোম শক্লা লংগোনবী,
লৈমা নিংথৌ অনীগী
কোলোয় মিংলেন লৌড়ুনা
মাগী মিংহুন তমখ্রবী,
অদুগুম্বা ভাঙোইবু
ভাঙোইলেম্বা নিংথৌগী
লৈমা শিংদা চনবা-কো!

নোংথোল—   পুশিনবিথ্রে ইনিংথৌ। (চৎখি)

ভাঙোইলেম্বা—পালহৈদ্রেদা তাইবংপাল,
ভিংহৈদ্রেদা মীওইপাল!
চিঙু থাংজিং কোইরেল্লাই,
নঙু লাইবক চাওববু
তাইবং মালংপানসিগী
থাম্বি থকী কম্বীদা
কয়া কুইনা ভৌখিদ্রি।
(তাংবন্দা ভাথডুনা লৈথি তোমাবা লাকই থুরুম্বী)

তোনাবা— লেঙ্বা ককপা য়াত্রবা
খোয়ুম মাগী মপাউনি
ভাকপিনিদো ইনিংখৌ।
লৈপাক খ্বাইগী অনীংবা
থুংহনবিনি লৈমাবা !

ভাভোইলেম্বা—নিঙ্ভোল লাকপা নত্ত্রা ?

তোনাবা— মানি ননাই তোনানি।

ভাভোইলেম্বা—হায়য় তাসি ইদাইরেম ?
মাবু ফারক্লবরা ?

তোনাবা— ফাজরক্লে ইনিংখৌ।

ভাভোইলেম্বা—হা— ! কৈদোবা ! ফারক্লে !
চঙ্না চঙ্না মহাকপু
ঈরাৎনবা ফারক্লে !
কদায় লমজামচাদি ?

(তোনাবনা ঈহুন পী—মী অনীনা চপ্তুনা শাকববু পুরকই মশা পূম্বা ঈহৌং নাইহিং শারে মফি মরোল ইশে শেগায়রে, মনমদা মপাম্বোমদা চৈফম শাংনা লৈরে—মথূৎসু ভুংবুমনা পুল্লি—মশা ইরেক লেকথরে পুশিল্লকই)

তোনাবা— মহাকসিনি ইনিংখৌ,
সনা মীৎয়েং তানিসি।

ভাঙোইলেম্বা—(মুন্না য়েংদুনা)
মহাকসিবু লমজাকো !
মিকান্নবা শাহোনা
নাগী শাবান ওইন্নবা,
মকা লাম্বা মায়খোঙ্না
মীঙা 'পেনবা পীন্নিবা,
হেক উবমক্তদা
পান্নী মিংগোনদুনা
চেৎনা থাগোম্নীংলবা
চঙ্খোল্লবা শক্তমসে
চঙ্না চঙ্না লেন্দুনা
শরেল চনবা তান্নবা— !

তোনারা— লাইমা মহূ চাউখ্রবা
হুয়ানবনি মহাকসে।
কেগে খুল্লক-লৈরক্তা
মাগী লৈকম লৈতরে।
লম্লেন লোক্তাক খোঙ্নুংদা
কম্বোঙ হানৌ মরক্তা
চম্পু থাংপোক খন্দুমা
লোম্না থুপ্না লৈবনি।

পেবেৎ— ইনুংদনা খুল্লকচঙ্
মীগী মপোৎ হুয়ানবা,

মুংথিন্দনা লোক্তাক্তা
লোন্না থুপ্না মরৈবা !
তোনাবা— অঙকপনি ইনিংথৌ,
মাগী খাংপোক মন্নুংদা
লৈরম্লিবা তরূ-'হেন !
থাবা লোইবা নাইখিদ্রে।
ভাঙোইলেম্বা—নত্তে নত্তে ইদাইরেম,
পীদৎ পাদৎনরবা
মীবু হাৎপা হৌনদে,
মাবু থাদোকপিখিসি।
মাবু থাদোকপিবনা
য়াইফ খুবম ফংগনি।
মীয়াম— ( মপান্দগী ) থাদোকফদে ইনিংথৌ,
লৈপাক মল্লা তপ্পবা
নিংথৌ খুবম চেৎনবা
খোয়ুম লাইপাও ভুংইল্লা
লৈপাক চঙ্না শিনবনি।
ভাঙোইলেম্বা—করি ! থাদোকফদ্রবা !
মাবু থাদোক্তনবা
লৈপাক মীয়াম পুম্বগী
য়াথং তাউথরক্লবা।
ইয়াথংবু ইন্দোবা

ইখা পোনবা নৈপাক্লা
নিংথৌরেনগী মথক্তা
য়াথং তাউথরক্লবা।
আঃ! তোল্লিদকো ঐহাক্লা
মীয়ম্নেন্দা পানবদে।

তোনাবা — কেগে নিংথৌ পুম্মিক্লাই,
তাকপিদোবা তাকপিয়ো।
তাইবংমীগী থৱায়দি
নিংথৌগীনি হায়দুনা
অদুক পুশিল্লকপনি।
য়েৎপিবগী মহূত্তা
নৈপাক মীয়াম পুম্বগী
মনীং থুংহনবিবনা
নিংথৌ খুবম চেৎকনি।

ভাঙোইলেম্বা—নিংথৌ খুবম চেৎকনি!
নৈপাক মীয়াম পুম্বগী
ময়াথংদু ইন্দ্র'দি
ভাঙোইলেম্বা নিংথৌগী
খুবম মুম্নি অসিরা?
ঐহাক নিংথৌ ওইনিংদ্রে।
কেগে নৈপাক চৎলক্রো
ঐগী খুবম্ মুল্লয়ো।

ইপারীগুম মুংশিবা
লাঙ্গদ্রবা অসিবু
ইচীনসিনা ঙন্নবোই
হাৎলু হায়না পীথোকপা।

শাফবা— পম্থোগী খোঙ্গেন মাল্লবা,
থোজাম্না পুক্নেনবা
মীনুংশি খঙ্বা কনানো ?
শিরমদাই মতম অসিদা
থোজানগী খোঙ্গেল তাবদি
মতম্মু কুইনা তামথুবা
পম্থোবু নীংশিংলকুনা
মীৎলুদা ঈরা হোৎক্লি।

চাঙোইলেম্বা—পাখঙ্, ঐহাক নিংথৌনি !
কেগে মোইরাং নৈপাকী
কমদো হুম্ফুমরীনা
পাম্না শান্নজরিবা
অওক অথোম কাওদ্রুম্লি।
লুবাকুংদা লাৎলিবা
শান্নবা লাইথিনি।
নঙ্না পাম্বা করি লৈ ?

শাফবা— খুরুমজরিয়ে নৈমাবা। (খুরুমজৈ)
ফিবমসিদা ননাইনা

করি অমা পামখিনি।
শিরমদাইগী অন্নাবা
মৈচাক খাঙ্বা মীহুনা
শদৌ থোংবা শোরনা
চরম রায়রক্লবদা
শিবা হায়দু নত্তুনা
অতৈ করি পামখিনি।

তোনাবা— য়োক্তুনমু হিংলরোই
কনানদি কল্লনি।

শাকবা— কেগে নিংথৌ পুমারেল,
ইরাম্মা'পোৎ ফারবা
ননাই ঐগী ইশাসে
য়াইফনবা লৈপাক্কী
তাইবং মৈচাক মুচচ্রগে
খোয়ুম লাইদা কৎপিরো।

তাভোইলেম্বা--হায়মু লমজা ইপাদা
অতৈ করি হায়নীংলি?

শাকবা— হংগৎ-নিঙাই লৈজদ্রে।
অদুবুনে লায়িংথৌ,
নিঙোল লাকপা তোনাবা
শামান লেংমান্নবনি
য়াগা ঐগা অমুক্তং

শাথেং-লাম্থেংনর'দি
পেনখ্রনিদা মনাইনা।

তোনাবা— অচ্চা! চৈথা চাবদা
মিরেল হামচৎনদুনা
য়াইবি তচ্চা নরফাও
খোবা কোবা লৈতবা
অশিঙ্নবা শারিব্রা?

শাকবা— কবিদনো খোদোবা।
উরাউ-থরাউ-নরগা
অকন-অথৌ-শকপ্রনে?
কুমগা থাগী ঈনৌদা
ঈরোম্নুংদা লুপ্তুনা
হোনা লাউনা খোংলিবা
হংভোই খোঙ্গেল তাবদা
তাঙ্জা লিম্না থুকপ্রহে।

তোনাবা— মতোয়নবা লমজা'চা?

শাকবা— পুল্লিবসি থাদোকউ
অমুক্কেংদং মুক্কসি
বাংলেন পুংশীং কক্তুনা
লয়ীচিংনা লোইশিনগে।

তোনাবা— অচ্চা, মাগুম্ববসু।
(চোংশিন্দুনা খোঙ্না কাবই)

পুখ্রো চৎলু লমজাসি,
খোয়ুম লাইদা কজ্রিবৈ
ফুদন্তুনা শিবা তাই।
(শাকবা পুদুনা পূম্নমক চৎখি)

তাঙোইলেম্বা—ভাইখোনেহে তোনাবা।
হান্তোকপগী মহূত্তা
মাবু কনবিবনদুম
খোয়ুম মানা পেনবিনি।
চানবিহৈবা মহাক্লি,
হায়জ খুরুমজরগা
পেনবিনিনে শোয়দনা। (তাম্নরকই)

মীয়াম— য়ারোই য়ারোই ইনিংথৌ,
মাবু কনবা য়ায়রোই।
(মীয়াম চৎশিল্লক্কুনা খিজিঙ)

নিংথৌ— মাবু কনবা য়ারোই?

মীয়াম— য়ায়রোইনে ইনিংথৌ
লৈপাক খ্বাইনা য়াদুনা
কমদৌ হুন্ফুমন্নিনা
লেপ্নখ্রবা য়ারেপ্নি।

নিংথৌ— অদু— অদুওইর'দি,
ঐনা নিংথৌ ওইবগী

কয়ি কান্নখিগনি।
ইধৌ থাংজিং কোইরেল্লাই,
নশু-লাইবক চাউববু
তাইবং মৈশা মরক্তা
কয়া কূইনা ঙৌখিনি।
ঐবু লৌশিনবিরোবা।

( লৌমাঙ্‌ডুনা তুথখি )

— ———

## অনীশুবা মশীং

## ১বা উৎপা

### কেগে কোন্নুং

**মফম— মীফাফম**

**মতম— অহীং**

(মখোঙ মখুৎ পুনশিন্দুনা ফি অমনা খুমজিন্দুনা শাফববু ইন্থ্রুদুনা থম্লি। মপান্দা পেবেৎকা খোম্বগা থাঙ্ পায়দুনা শঙ্লি)

পেবেৎ— অতোন খোম্বা তাবরা ? (খুমদে)
অচ্চা ! খোম্বা নংবু খুম্মুনে।

খোম্বা— তারীদুনা খুমদ্রি'নি।

পেবেৎ— বা'মা হায়গে য়াগত্রা ?

খোম্বা— হায়স্ত হায়দ-রিঙৈনা !
য়াখোয় 'য়াম্বা পেবেৎপু
শোনো-ককা চুত্রা-ও !

পেবেৎ— চুই-চুই ইবো, য়াম্বা চুই !
চুখিবনা শানৌনা
ইশা শ্বাই-শ্বাই লাউদুনা
শাগৎ শাগৎ পাখৎলি।

খোম্বা— শানৌ হায়বা নত্তেনে
শোনো চুত্রা হায়বনে।
~~পেং-চোইবরা~~ পেবেৎপো ?

পেবেৎ— অতোন খোম্বা, অচচ্চা !

খোম্বা— কৈদোগগে পেবেৎপা !
শয়ং থৈনসি হায়ব্রা,
পাম্বোম ঙা-নবা পাম্ব্রা ?
পেবেৎ— ইয়া ! কয়াদনোসে,
ঙরাঙগী ঙখা খোম্বনা
লহাম্বগী পেবেৎপু
পেং-চোইব্রা'-কা হায়দুনা
নখা শেৎনি খঙব্রেহে !
খোম্বা— পেবেৎমকসু করম্বা
পেবেৎ পেৎনাও নঙনসু
খোন হাইগৎলি খোম্বদা,
খাঙু থক্তা খঙ্কনগে। (মফি শেম্মী)
পেবেৎ— ফৈ-ফৈ ইবো য়েংনসি—
খোইমোম খোম্বনা খৌবরা,
পেবম পেবেৎনা পেবরা ?
খোম্বা পেবেৎ পা-নসি। (শাবাম তৌই)
খোম্বা— হা-হা-হা-হা সুংঙাইদা !
মতু-মমানবু খিঙবা-শাই !
পেৎবেৎপু গ্রৌ গ্রৌ শাইগায়বা
তোকপনিনে এসে তোকপা।
পেবেৎ— হোয়নে হোয়নে মানিনে
নহানা হনবা হৌনৈনে।
নঙনা তোকপা ওইরদবু
এনা তোক্কবা চৌনব্রা-ও !

তোকথোকসি, তোক্তুম তোকথোকসি,
ফুনরগা কৈ-কান্নে। (ফম্‌থখি)

খোম্বা— ভাওশিন্নরিব্রা পেৎনাও,
তোকশুগুম্বা খুত্তুমসিনা
তোক-তোক শুজিল্লবদি
নমায়্রদো ইখাম খাম্নিদো!
খাঙ্কাল্লুরা-খাঙ্কাল্লুরা-ও!

পেবেৎ— খামদদিনা, ইনাওসিদে।
য়ৈনববু খামদ্রবদি
শিনদুনা তোক্লোইদ্রা-ও!
ইবিঙনি য়ৈনববু
খোম্বা নঙনা খামদ্রবদি
পেবেৎনদি খামগদ্রাদো!

খোম্বা— ভাওশিন-ফৈক্তিন্নজন্নু,
চায়রুংচদা কিন্সীনা
চক্‌-চক্‌ থিঞ্জিল্লবদি
নিনিগী চক্ষম হন্নিদো!
হলহল্লুরা-ও হলহল্লারা-ও?

পেবেৎ— হল্লো হল্লো, হুস্থুরো!
নহা-অহল খৎনবা,
নহানবু হন্দ্র'দি
চৈ-চাই হায়নরিপোৎনি।
চৈ চাদ্নবা হল্লোদ্না!

খোম্বা— কয়াদনোসে, তুক খাঙভু! (থাঙ মুকই)

পেবেৎ— হিহি ! করম্নোসিদে !
ইনাও'বুংঙো শাউবোইমা !
শাওরুম্ব, ইয়াম্বনা
মুংশিহ্নুনা লংনবনি।
নয়াম্বা খোইহ্নুমহ্নুদি
পেবেৎকদি লু-নরিপোমি !

খোম্বা— মতা চাহিক্ত্রদনা। (নেমথৈ)

পেবেৎ— ইনাও'বুঙো খোম্বদা
অমতংদি হায়নীংঙি।

খোম্বা— হায়জ'রদি য়াবিনি।

পেবেৎ— মপূক মপাউ ফখ্রবা
মুংশিপ্রবা ইনাওনি।
ইয়াম্ববু কৈদোগে
ভাইহাক্তুংদি কূম্রগে।

খোম্বা— মরম হাম্না হায়দোকখো।

পেবেৎ— কংশু খিত্তুং চারুগে।

খোম্বা— কনাইদনো হায়দোকউ।

পেবেৎ— পেম্মা পেৎমুগীদনি।
পেৎমুনা পেবেত্তা পেৎথজবা
পেনাদা পান্দুনা শকভমদেদা ?

খোম্বা— উম্-উম্, করি হায়রিবা ?

পেবেৎ— অসিনিসে ইবুংঙো—
মাগী মচীন মখাদো
ইপে হেক পেথোকচহ্নুনা

"অচ্চুননে তা পেবেৎ,
ননাও পেৎমুননেদো
পেরুক কংশু শুজ্রম্গে
হাবিরোকো" হায়দুনা
পেৎনা পেৎনা হায়জ্রকপা, (পেহৌ পেহৌনা)
পেম্মা পেৎমু প্যাম্মুইদা
পেঞ্জেদকো পেবেৎনা।

খোম্বা — চৎলো চৎলো চচ্চরো,
কুইরকপদি য়াদেকো!
মাগী পেরুক কংশুদো
খজিক্তংদি পুরকউ।

পেবেৎ— পুবিরকসুঙাইদনা! (শাবান তৌদুনা)
হাদা পেম্মা পেৎমু-ও
নবুং পেবেৎ পাইরক্লে,
নবুং পেবেৎ পাইরক্লে। (চেনখি)

খোম্বা— লাইবক ফৈদা হা পেবেৎ,
খোম্বা ঐদি কদায়নো!
আঃ —!

(হঙ্গৎ-হন্দা চৎতুনা লৈ- থারিকথা ময়োম অমা পায়দুনা ইশৈ শরু-শরু জগোয় শার-শারদুনা লাকই)

**ইশৈ**

কাক্তাগীদি মালংবা,
লিরি খোঙদোয় হুনবদি
সুংশি মরাঙ্ হৌবীবু

অপাম পন্দোম্লোমহল্লি।
থাবল-ঈপোম-লাংলবী
ঈচীক হুনবী অহীংনা
খোইরুম মোমোন নোকপদি
থম্মোয় ওমচাক্লহল্লি।

(খোম্বা মমীৎ-মনা চোইখিদ্রে—থাম্নিকথা শাথেক ঈপোম হোনা শৈশক হোংদুনা জগোয় শাবা হৌরক্লে)

ইশৈ

থম্বাল লৈহী কংবদা
ময়াই কাবা খোইম্নাবা,
লৈহী থকচূপ্পরিভৈ
ইনুং-পুঙ্গোয় ম্নাইরক্লে।
থরো-লৈহী পাম্লক্লে
পাইথোক্লগে নীংলক্লে।
মশাবিগী মতৌ-উ
থকৎলবী থম্বাম্না
লৈহী তেংনা কন্তুনা
লৈমাতনা য়োমদুনা
অহীংচূপ্পা থম্বাম্না
খোইমু মাবু কোনবগুম
কোঞ্জনীংবা নহাকপু
লমদম কৈদা লৈবগে।
( খোম্বগী মমাঙদা চঙ্শিন্দুনা শৈশক হোংনা শক্লকই—লৈইনা জগোয় শাদুনা খোম্ববু থম্না থম্না পুথোক্লকই )

## ইশৈ

শাবি— ও, মাপ্প— ও!
থংলেন ইমান মচা— ও।
লুমজরিবা লোয়ুম্বা,
নিঙেঙাল-হৈনা ইনবিয়ু।
অপাম থোগল কংজগে
তলা পামেল ঙখোঙ্দা
লৈরাং-লৈচিন্নরুসি
হৈরাঙ্-হৈজা-নরুসি। ( উখোঙ্ য়োৌখ্রে )
ফমথবিরো লোয়ুম্বা। ( খোম্বা ফমথৈ )
তাউজিং হৈরাঙ্ ইঙ্গগে
লৈরাং লৈথেং তমজগে
মুংশি ইচন্নাসদা।

( পুমুল মুল্লবা খোম্বগী ময়াদা থারিকথানা হু-য়াওবা হৈ, অহুম মরিয়ক ইল্লি— খোম্বনা গুৎগুৎ য়োৎশিল্লি খরা লৈরগা মমীৎ মনা গ্রোং-গ্রোং ওনখরুনা লৈমায়থক্তা হাইথখ্রে খোম্বা। খোম্বগী মচীন, মখোঙ্ মখুৎ কন্না পুনশিল্লগা শাকবগী মনাক্তা চেনশীনখরে থারিকথা—কৈশুমগী থোঙ্ হাংদোক হাংদোল্লা )

থারিকথা— মুংশি মুংশি শেৎখিবা,
পাম্মু পাম্মু থাইখিবা,
থানীংদনা থাখিবা,
থারিকথাগী থরায়-ও।
মিংনাইদ্রিবা নহাকপু
পুন্সি পোলোই তান্নবা

অতুম য়াতারগেরা ?
য়াকায়রোনে, মীৎকপ্লো ।
মংদা য়াতানবগী
মতম অদো নত্তরে ।

( থোঙ্ হাংদোক্ত্না চেনশিনখ্রে— শাফবগী মথক্তা কূপ্লিবাফি হাইদোক্লগা পুল্লিবা থৌরি পোক্লিভৈ )

শাফবা— কনানো ! নঙ্ কনানো ?

থারিকথা— পাত্তা শাৎপী লৈরাংনা
লোইবি চীংদা শাৎভৈদা
লম্মে মৈশা লাংতুনা
লৈমল-চন্না কেমখিবী.
কাউবিরত্রা. থারিকথা ?

শাফবা – তরং-মালং পুন্সিগী
অপাম ন্নুংশি ঈপাক্তা
ঈপাল্লাংনা শাচ্চবী
থাগী লৈরাং থারিকথা !

( পুনবা থোকপা লোইরতুনা কোনখৎ কোনখৎনা )

থারিকথা – ইচীক হুনবী অহীংদা
য়েংবিনবা লৈতনা
ইন্নুং শোইনা শাচ্চবী
চিন্নদ্রবী থারিকথা,
( ভসিদি ) শাচ্চমনগী কানরে ।

( মথুৎ ওয়থংবনা শাফবগী ওয়থংবা শেগ্রাক লানথোকনা থজীন ফাওবা কোনশিল্লগা শাফববু ভাথহন্দুনা কনারে )

শাক্বা— থাম্বিকথা !

( কৌজনীংবা মিংগোনা খুমগে হায়না হন্নাও হন্নাও ময়া কাথোক্লগা খুম্বা ডমদনা মপি ভানা লৈথোকখি )

শাক্বা— অমুক্তা খম্মু— থাম্বিকথা !

থাম্বিকথা— ( নোক্লা নোক্লা ) ইদু নিংথৌ !

শাক্বা— ইদু নিংথৌ !

ও : — ! ( মমায় লুকথখি )

থাম্বিকথা — হৌগৎলো

মীহাৎ-পূংনি মফমসে। ( শৌগৎপী )

সে— চৈরে অসী শেচিল্লু।

( ময়োম হাংদোক্তুনা লৈমা থৌগম্নুবীগী ফিজেৎ শেৎচিনবিরে মফম অদুদগী খন্ন চথোক্লক্লে )

থাম্বিকথা— চৎলো, থীম্বরগম্নু।

মথা থংবা স্নগোঙ্‌দা

পম্বদনা থোকখন্নো।

কনানম্ভ হংলক্লোই

হংলকপা'কা থোক্লস্নু

লৈমা থৌগম্নুবীনি

মাগী পাউখোল ৎপনি।

অশ্নম হায়না খুম্নম্মু।

শাক্বা— লাইবকফবী মহাক্লা

লৈমশীংদা চন্নখিবা

নঙ্গী ঐগী লাইবকসে

কয়া য়াইফ চেনখ্রবা।

থাম্বিকথা— মাগী লমচৎ কায়জত্রি।
অম্বা নুংঙাই পুন্সিদা
মাবু কাউবিদনবা
মানা পীজরকপনি।
খুদোপ অসী শিবিয়ু।

( শাকবগী খুনীংথোদা খুদোপ শিজিনবিরে )
মানা হিংলিমথৈদি
লমচৎ কায়ত্রি খঙ্‌বিয়ু।

শাকবা— নুরা নঙ্‌গী লম্মন্দি,
মপোক লাঙেঙান খুদিংদা
অমুক শিংবা ঙম্লরোই।

থাম্বিকথা— ঐগী করি লম্মম্নো।
তোনবা থোক্লবস্তুনে
নীংনম্বিবা নখোয়না
অমুক উনরক্তুনা
চীল্লোক চৌন্দিম্নবনা
লম্মনশিংবা ওইয়ুকো।
চৎলো, খোঙ্‌দোয় হনখম্নো,
অমুক পন্থরগনু।

শাকবা— থাম্বিকথা!

থাম্বিকথা— ইদু নিংথৌ!

শাকবা— ইদু নিংথৌ—!
ওঃ— ! ( পেবেৎনা লাউরকই )

পেবেৎ— ( মনুংদা ) ইয়! মীকাকমদা মোংলিবী,
কনা কনানোনেহে?

থারিকথা— (নীরু) চৎলো, খোঙদোয় হুনখ্রোনে?
(ইল্লি— শাফবা চৎখি— পেবেৎ য়ৌরকই)

পেবেৎ— তম্নরিবী নখোয়বু,
কনা কনানোনেহে?

(চেনবা য়ায়রোই খনবগা শাফবনা থাপত্রিফাওবা খিংগে
নীংদুনা থারিকথা ওনশীলকই)

থারিকথা— ঙাংথোক শক্তোক পকচবা
ইবুং পেবেৎ নৎতরা?

পেবেৎ— হৌজিক্কীদো কনানো?

থারিকথা— নৈমা থৌগম্মু বীনে।

পেবেৎ— হৈমা, থারিকথা!

থারিকথা— ফজৈদকো ইবুংসে
চৎলমচানা লেমজৈদা

পেবেৎ— হি-হি, ফজ্জবরনে?

থারিকথা - ফজে, লেমজে, নীংথিজে।
মপুনা চানবা মনাই,
য়াঙ্গোই শামু মচাদি
পেনবা নাইদে য়েংবগী।

পেবেৎ - অসুক ফজ-লেমজবা,
শামু মচা মাল্লবা,
হাদা পেবেৎ, হা পেবেৎ!
হোত্রোং হোরি নাম্মদি।

থারিকথা— করি হোরিবগেনে?

পেবেৎ— পেবেৎপগী ইকোন্দা
ইক্লম কোকথোকপিনবা

পেবেৎপীদো লৈত্রিনে !
হা নোংদম্বা অপঙবা !
ইচল থারিকথাসীদ
থাজরদি পেবেৎ্না
মহৈ চাউখ্রনিদকো
হে থাংজিং কোইরেল্লাই ! (তোনাবা লাকই)

তোনাবা— হায়-হায়, পেবেৎপা ! ( থারিকথা চেনখি )

পেবেৎ— অয়ো য়ো ইবুংঙো !

( তোনাবা চঙশিনখিদুনা য়েংলগা )

তোনাবা— হায় মীনাইমচা নঙবুনেহে !
শাফবগা খোম্বগা
কৈদা চৎখ্রবগেহে !

পেবেৎ— ( পাখতুনা নীক্ল-নীক্লা )
হা ! করি ! কৈদোবা !
কংশু চানীংবদগী
শুজিনখিবা তারেদো
কংশু ওইনা পেবেৎপু !

( পেবেৎকী মশম পায়দুনা শাউমা )

তোনাবা— কৈদা চৎখ্রে হায়য়ুনেহে ? (মকোক মীকই)

পেবেৎ— ( কিনা ) ঐ—খঙদে— !
পেৎলুগীদা চত্তুনা
পেরুক কংশু চারুবা !

তোনাবা— হৌজিক্কীদু কনানো ?

পেবেৎ— থা-রিক-থানে ।

তোনাবা— থারিকথা ?

পেবেৎ— আত্তে, অদা চেল্লিসে। (তাকই)
তোনাবা— অচচ্চা! মাগুম্বীনস্থ! (কম্না তাম্নখি)

পেবেৎ— ইমাই প্রেম্মা হা পেবেৎ!
শোইদ্রেকো শোইরোম্বা!
ইখোঙ্ অমুক কক
ইখূৎ অমুক য়ান
নৌবরবা ঙকশমদা
থাঙ্লেন্দুনা খবৎ
হা ইমা ইবেম্মা,
নপাম্নী পেবেৎ শিরেদো!

( ঙাঙ্না-ঙাঙ্না মখোঙ্ থোংখোং শাদুনা মখূৎ অনী হোৎল-হোৎলদুনা চাউকান চাউকান কান্দুনা চেল্লি খরা চেল্লগা খোম্বদা খুদি থীদুনা মথক্তা তুশিল্লি। )

পেবেৎ - হা ইবুংঙো তোনাবা!
মীতা য়েংবিম্নুগবা!
থাশুদনা পোকপনা
পেৎ-পেৎ লাউবা পেবেৎনে।
পেৎ-পেৎ নেৎথৎলবদি
পেবেৎ পৎপা তাৱেনে। ( ঙাইহাক লৈম্নগা )
হাই! ঐনা নম্মীবনিনা। ( মাদুনা য়েংঙি )
খোম্বা! খোম্বা! নঙ্ শিরে!
ইমাই পেম্মা করম্নো!
হা পেবেৎ, হা পেবেৎ! ( হাম্নগুম্না চেনখি )

## ২শুবা উৎপা

### কোনুং মনুং

মকম—লৈমকোনগী কা অমা

মতম—অহীং

( নিংথিবা কমুং অমগী মথক্তা মখোঙ য়াম্বয়গা মথুংনা মচুবা মেত্তুনা ভাঙোইলেম্বী ফম্লি—অয়াম্পদা কনাগুম্বা অমনা ইশৈ শরুকপগী খোঙ্গেল মনাকোংদা ভাবগুম (রিরি-ইশৈ অসি তাবদা মুংশা মপী ফুইনা ফুইনা হোন্দোক্লক্লি)

#### ইশৈ

পোনয়া নক্লা পাইয়কপা   চাক্তাকমবু থিয়কপা
লমগী চেক্লা মৈপোঙবা
পাইখিদোয়ে কয়ম্নো !
পোম্বী নঙবু তিঙক য়েং   খোগংননা খোংলিবা
মুংশি খুদোল তমদুনা
ফাজহোবা নহাকপু।
লম্বাইদবা মালংদা   পাইখ্রবিদ হল্লক্লোই
পোম্বী নাইতোম তাহৌনি
কায়্না মৈখু লাংহৌনি।

ভাঙোইলেম্বী—অদু ! অদু ওইর'দি—
ইদোম নাইতোম তাদনা
কায়না মৈখু লাংদনা
পামিন-শিমিননবা
ফাহৌগনি মহাকপু !
কথোকনি মঙোম্দা

মথোক কাখৎলকপগী
য়োনা থেনগৎলক্লিবা
অথেল পোৎলম পূন্নমক।
শাবি'বুংঙো মুংশিবা,
থংলেন মাঙ্গ পাম্মূবা
মুজা লাইবক চাউবীবু
থংলেন ঙাইবিরম্‌খোকো !

( হায়রুনা খোঙ্‌তন্না: চেম্মোক্লকই—ঙাঙোইলেম্বা নিংথৌনা খোঙ্‌ হাংদোক্লুনা চঙ্‌লকপা উবদা ভুংহমৈ )

নিংথৌ— ঙাঙোইলেম্বী।
ইমুং মমৈ ৱায়রবা
ইচীক হুনবা অহীংদা
চীক্লা থোকপী থবানা
নোংচুপ চীংয়া ঙানবগুম,
পুন্সি নারল ৱায়রবা
ঙাঙোই নিংথৌ ঐহাক্কী
লাইবক নোংদোল ঙানহনবী !
নঙগী ঐগী পুন্সিদা
অহীং খিবিক্লগীস্নু
থোইনা হেন্না মুংঙাইবা
ঙসি অহীং অসিদা
'ৱাবা মায়থোঙ উৎপবু
কন্নিগীনে: ইবেম্মা ?

( কমুং থক্লা নিংথৌ ফমথে—ঙাঙোইলেম্বীনা খন্না থান্না খোঙবী নৈদা তক্লুনা লৈখা য়েংদুনা লৈ )

নিংথৌ— হায়য়ু নঙগীদমক্তা

'সুক নিংথিনা শেন্নবা
কাংথোল য়াউরি পাবলথক
ক্যারগী মোন্দুম মোস্তেকথক
শাংথ য়াহীপ তাদনা
খোয়শাওননা খাঙববু
পায়মা করি সুংনাংনো ? ( মমায়খুম্মী
ভাঙোইলেম্বী )

হা হা হা হা হা !
ইকাউথীবী,
করিগীনো নহাক্না
অদুক ইকাউখিববো ?
নৈশেম্বগী নৈশেয়োন
অতৈ করি নম্ভেনে।
পান্নফমগী তাইবংপাল,
পান্ননবা তাইবংনা
তম্বিরম্মী খোয়ুম্না
তাইবং মীগীদমক্তা।
লংওনে চঙশিল্লকউনে
ইচীক হুমবী অহীংগী
সুংভাউ মপুং ফাহনসি।

(ফুক হৌগত্তুনা মখুদাং পায়দুনা চিংগে তোউ ভাঙোইলেম্বী হন্দোকই)

ভাঙোইলেম্বী—তুমিন নৈয়ু তানীংদে !
পোক্না শম্বাল লাংলবা
য়ারী য়াচু য়াওদ্রবা,

'খোঙ্‌থাঙ্‌ খুয়ো চেন্দুনা
চৎপা মঙম্‌ শান্দ্রবা
ক্ষিবম অদু য়োম্ব'দা
ভাওশিন্নবা শারিব্রা ?

নিংথৌ— হা হা হা হা হা !
নূরা ভাঙোইলেম্বীনা
পামদে ভাঙোই নিংথৌবু।
ইচাক-লন্না পূকৈচোল
ইনাই-শন্না চগ্রীক্লা,
কেতে পুকং ভরেংগী
মোইরাং খুঙ্গা মাপন্‌গী
ঈরাংনফম ওইরবা
ভাঙোইলেম্বা নিংথৌবু
পামদে ভাঙোইলেম্বীনা
হা হা হা হা হা, অপঙ্‌বী,
নোকপা য়াবা য়াকপ্নি।

ভাঙোইলেম্বী—কৈদৌনবা পাম্লুনি !
চহী চৈথা চাদুনা
নশা শিগঙ্‌নরবা,
শিরুম্মবা নহাকপু
নিংথৌরেম্নি হায়দুনা
করি পামফম থোক্কনি।

নিংথৌ— হা হা হা হা হা !
ভাওদ-ভাওবী অঙাওবী,
ঐগী নৈমা ওইরম্ব'দি

সনা লুপা খোঙ্-নেৎনা
ফীগেফিনা য়াওম্না
মীয়ম্নেনগী নপুন্সি,
অতোম অয়েম কাতুনা
তুংগী পোলোই ফজনা
লেম্নি হায়বা খঙ্দ্রহে ?

ভাভোইলেম্বী—পামদে কৈস্থ পামজদে।
লম্না সনা লুপাবো ?
ইরল নঙ্গে কৌশিঙ্নি,
কোয়চোং চোংবা খপ্নাইবা
কৌজেং হায়োঙ্গম্বনী।
সনা লুপা শিরগা
ফীগে ফিনান শেৎলগা
তাইবংপানগী মুংভাইবা,
ফংবা য়াব্রা নিংথৌ-ও !

নিংথৌ— হ-হ-হ ! মসি পঙলেদো !

ভাভোইলেম্বী—নৈপাক ঐখোয় মীয়ামগী
মপী মপা ওইরবা
নিংথৌনিদি হায়রগা
নমোমগুম্বী অমদা
অকন অয়েংশিঙ্ভুবা
মীহৌ-কায়াম চাউরবদি
নশাগীতা ময়েংবা
শাহীং চাবা নিংথৌরা ?

নিংথৌ— পঙ্ভিদকো অপ্নৈবী,

পঙ্মলস্ত পাঙিঙ হাই !
তিল্লাং থকয়োংনদুনা
পায়মা হিন্নী শুংদাইজো।
নঙ্না পোকপা নচান।
চোয়নৌ সনা কম্বাল্লাং
নিংথৌ খুবম ফংদৌরা,
নঙ্গী নরী-নতানা
ফল্লেন ফমদৌ কাদুনা
কংলা মপূক চোন্দৌবা,
অসিগুম্বী লৈম-ফম
পঙ্না ফংবা ঙম্ব্রনেহে।
ভাঙোইলেম্বী—লৈমা ফমস্ত পামজদে.
নিংথৌফমস্ত মিহৌদে।
লেপ চঞ্চবা ইপূকচেল,
শকচংবা শরিনা
হেনগৎপনি খ্বাইদগী !
নিংথৌ— ইয়া, মতোয়-নয়হে !
ভাঙোইলেম্বী—য়াবা কামজাও হুন্দুনা
পঙ্তাক তাকপিরগস্ত,
কেগে নিংথৌ ভাঙোইদা
নূরা ভাঙোইলেম্বীনা
ওঙ্বা লৈবা ঙমজরোই।
নিংথৌ— অচ্চা, নঙ্গুম্বীনস্ত !
লুখ্রাবীগী মপারী,
প্রেক্তনা চুউম্বা,
হৈকক্তনা লোক্তাকী

তাইবং শারেপ ফারকপা
নঙ্ বু পোকপা পম্মোবু
শেম্বিরকপা ঐহাক্না
ইমায় খুদোল অমা-ফাও
য়েংনা চৎতশারম্রা।

( মমীৎ খানা য়েংদুনা খরা খরা চঙশিল্লকই )

লীৎকদবা কৈদনো !
শোরা লুদা চঙ্লবা
লেম্লৈ-ভানা মমৈনা
ফ্রৎ-ফ্রৎ কনবা শাবনা
হূমজিল্লকপা মীথুৎপু
কম্মোকখিবা ঙম্রাহে।
নবুক থোক্লা য়াদরে
নমথেক্কুনা ফাগনি
নঙনা কৈদা লীৎকনি।

( ফাগে হোচ্চিল্লকই )

ভাভোইলেম্বী—শোকনু, ঐবু শোকনু।

( হায়দুনা কল্লা ইল্লি—ভাভোইলেম্বা নিংথৌ নিংথেংননা তুই—ভাভোইলেম্বী চেনগে তৌই—নিংথৌনা থিডিঙ )

নিংথৌ - লেপ্পু ভাখোঙ, চেনখিনু।
নহাক সুপীমচানি।
থাঙ্গেশেংবী সুপীনি।
উবসে—

( নাকন্দা য়েংপা থাঙশৎলি-ভাভোইলেম্বী কিবনা নীক্কুনা মথুৎনা মমায় থুমজিল্লি )

মিংথৌ— হা হা হা হা হা !
ঙসি ঙাঙোই নহান্না
লৈমা খুবম পামদুনা
অতোম অরেং কাঙনীং,
সনা লুপাই মিহৌনা
পামদ-শিন্ন-পামশিন্ন,
মুংশিদনা মুংশি-শা,
নশা শক্লা লাঙ্গোনবা
অহল ওইবা ঐঙোন্দা
লৈগে য়ারম্নবদি
থাংজিং লাইনা খঙ্গনি
থুংশু থাঙ্লেন অসিনা
থরক্ ঈরক মরক্তা
থুম্না থিল্লে হায়রগা
য়াইবি চুপকে তৌবনি।

ঙাঙোইলেম্বী—ওঃ ! অদুক তোম্না ঐহাকপো !
মিংথৌ— পেল্লে, ইপা মুংঙাইরে !
মঙ্না মুপী ওইবনা
ঐগী বাশক ঙাকপিরে।
লাওনে ইমোম ইবেম্মা,
লাংলেন শক্লা ইপানা
লাঙ্গোম্নজরক্লবী-ও !
থাঙ্লেন অসি লৌরগা (হন্দুনা পী)
খোয়ুম লাইনা মিহৌবা
তাইবং মীনা তাথিবা
নপা ঐগী হকচাংসে

কৃপ্না কৃপয়ান য়াম্নগা
মীশা পান্বা থোয়ুমদা
শরেল চল্লো ইবেম্মা !

ঙাঙোইলেম্বী—ইনিংথৌ,
য়াখল থেনবী ওইবনা
থোগল্লোনসু কায়খরে,
অয়োন অয়ান পূম্নমক
থূয়া থানা ঙাকপিয়ু। (থুরুম্মী)

নিংথৌ— নঙ্বু পোকপা পম্বোবু
করিগীনো নহাক্না
কৌরিববো ইনিংথৌ।
চোঙ্লম চোঙ্কায় চাত্রবা
মীথোঙ্ য়েঙ্ঙি হুক্ক্রবা
নিংথৌনিদি থন্দুনা
ইমোম ওইবী নঙ্কাওনা
লৎনরিত্রা ইপাবো !
ইমোম শাচ্চদরবা
ঙাঙোইলেম্বা নিংথৌবু
পম্মো মিঙ্গৌনহুনা
মপামচা অনীগী
চান্নমুংশিনবগী
নৌজরবা মুঙ্ঙাম্দো
অমুক্তদি ইপাবু
ফংহল্লুনে চয়েংহল !

ঙাঙোইলেম্বী—ইপা'বুংঙো অপোকপা,
পায়মা লিন্দাংশাংদবী,

উনবী লৈখন তাম্রবী
মুজা ওইনা পোকপনা
খঙ্‌জরুদ্রে নমোম্না।
য়োঙ্খিবা পূম্নমক
ভাকপিমুনে অপোকপা!

নিংথৌ— পেল্লে, ইঙ্‌লে থম্মোয়সে।
মচা-মুংশি খঙ্‌দ্রিবা
ভাভোই নিংথৌ ভসিদি
মপূকথোকী মমোম্না
পংথৌ কৌবা তাডুনা
মচা মুংশিজবগী
ভমখৈ লৈত্র' ঈপাক্তা
নৌনা ঈহৌরক্লিবা
ঈথক-ইপোম-ঈয়োইনা
মীয়ম্নেনগী মুংভাইবা
মপূং ফানা ফংজরে।

ভাভোইলেম্বী—ইপা'ইবুংভো অপোকপা।

নিংথৌ— হায়যু ইমোম ইপাদা
লাংলেন নঙ্‌না নীংজবা,
মহাক্তুগী মফমদা
থম্বায় হকচাং কৎখিবা
কনাগুম্বা লৈবরা?

(ভাভোইলেম্বী নরু মুকখি)

হায়যু ইকাইরুগনু
নপা ঐনা পাল্লিবৈ
থম্বায় থক্তা লৈহাপ্রা

লৈরোং লাইদা কংপগুম্ন
মহাক্কুগী মকমদা
ইমোম নঙবু কংলম্নগে।

তাঙোইলেম্বী—মহাক্কুদি অপোকপা
লৈপাক মীয়াম চঙ্ন্থনা
ঈরাৎনবা ফাখ্নরে।
মাগী য়াইবিঙ্গদদি
কনবিয়ুনে অপোকপা। (কম্নি) — চন্দ্রাদী

নিংথৌ— লৈপাক মীয়াম চঙ্থনা
ঈরাৎনবা ফাম্নিবা
লমজা মচা অদুবু
ইমোম নঙনা খোয়দাবা!
কপ্নগনু ইপা লৈ।
হৈনা লৈনা মছৎশিন
খোয়ুম মাবু তাইননি।
ইনীংতম্না পাল্লিবা
তাঙোইনিংথৌ ঐহাক্নি।
থুত্তা থাঙলেন পায়দুন
মুক্নগনি লৈপাক্না।
চোংশিন-চোংশিন য়াম্ননি
ফমদো হুন্দ্ধুমম্নিগা!
ইপায় হৈনা ইল্লকউ
মাবু খাদোক্লুসি লাও।

(থাঙ খুল্লগা চংকে তোই—নোংথোম্না অমাই অদুগী মশন পায়দুনা চিংদুনা পুম্নকই)

নোংখোল— হায়, য়ালো খুপ কিন্নরবা
শিজরোহে য়াইতবা !

(কন্না ইল্লি—নিংথোগী মমাঙদা তবুং তুই— থক থক নিক্না মুংশা থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা লৈ)

নিংথৌ— অঙম্বা—!

নোংখোল— ইনিংথৌ,
অশাউবনা লুতোন-কা
থৌগল্লোনসু খঙলুব্রে।
নমাই অমাই তবুংগী
মালু চোমায় শিন্দি
নোংখোম্বগী ইখুত্তা
পীজোগবা ইনিংথৌ।

নিংথৌ— লংজিং কাখো অঙম্বা।
চিঙ লাইকোন্নবিবা
অমাই তবুং মহাক্নী !
খুৎথাবদি মঙোন্দা
চিঙ মাগী মশাদা
থাবা শকই কাওবরা ?

নোংখোল— ঙাঙোই নৈপাক পালইহেব্রে—
শারমচৎনা শরাশল
ঙাগী বায়েল ওইথবে।
তরেৎকী শেল চাদুনা
লাইবা পরিং তমখিল্লু
নত্ত ওইদ ফাওহনা
নৈপাক ইরাঙ হৌবিব্রে
খঙবিব্রবা ইনিংথৌ।

| | |
|---|---|
| থিংথৌ— | কয়ম ভোনা অঙম্বা ? |
| নোংথোল— | ইয়ান য়ায়দা কৃম্বদা |
| | থারি লমজাও মক্তদা |
| | ভোনা তবুং অনীনা |
| | বাহৈ কেনা চম্নবা |
| | ইনাকোংনা তাজরে। |
| থিংথৌ— | তম্মু, তাসি অঙম্বা। |
| নোংথোল— | অমাইবনা শেল থোঁচ, |
| | ভোনাবনা পীয়োক্ট হায়। |
| | শাউনবনা অনীমক |
| | লোম্না থুপ্না ভাঙ্নদ্রে, |
| | অয়োনবহ্ন ফোংনম্নে। |
| | থুখোক্লমে অনীমক। |
| | মখোয়নীবু ফানবা |
| | ননাই ঐনা হোচ্চিনজৈ। |
| | শয়ীৎ হৈবা ভোনাবা |
| | নাম্থোক্তুনা চেম্থোকখ্রে। |
| | তবুংববু ফাঙনা |
| | পুজয়ক্লিবসিনি। |
| থিংথৌ— | অয়োনবহ্ন ফোংদোকউ। |
| নোংথোল— | অতৈ নত্তে ইনিংথৌ |
| | "লমজা অমা কাঙনা |
| | লমদাইবুংদা ঈয়াৎলু। |
| | ইনিংথৌগী কোলোয়গা |
| | মিংম্নায়বী অমতং |

চৈমা শীংদা চলহল্লু
থাংজিং লাইমাং ফম্বদা
অম্লুম হায়না ফাওজিল্লু"
সম্বা তাঙ্গ পীগনি।
অসি হায়না তোনানা
অমাইবদা বাচৎলে।
শেলগী মিহৌ চাউরবা
অমাইবনা ফাওদুনা
থোক্লিসিনি ইনিংথৌ।

নিংথৌ— অচুম্বরা অমাইবা ?

অমাইভবুং— অচুম্বনি ইনিংথৌ !
ভয়াং অহীং তোনানা
ননাই ঐবু কৌথোক্লে।
ননাই ঐগী ইভক্তা
মাগী থাঙ্দোল থমদুনা
মানা হায়বা ইনগনি
শরি শোল্লু নত্র'দি
য়াইবি লৌনি তেমশিঙলে।

নোংথোল— কয়া তৌবা ভমথুবা
মহু চাউবা তোনানো।

অমাই ভবুং— শিনীংদবা ননাইনা
নথৌ থাংজিং পন্দুনা
শরি পরে চেংলুরে।
শরি শোয়বা কিবনা
থোক্লিসিনি ইনিংথৌ।

অচুম অন্নান য়াংপিগু
নমাই তোনা মাদদি—
নোংখোল— মীংকীদবা কৈদনো !
লাঙ্গত্রবা অমবু
ঈন্নাংনমি হায়রুনা
শিংনা শাম্বা ফুরগা
ফাজিন্দুনা থম্লিবা,
ঐগী ইমোম ভাঙোইবা
নীংবা কাইবা মৈচাক্লা
থম্মোয় খুইনা মৈশাক্লাং
খুদাং শিকম তৈরিবা,
নঙ্গী লুরেল কক্লগা
লমন খুম্নি হৌজিকমক !
(থাঙ শত্তুনা চেনশিনগে তৌই )
নিংথৌ— অঙম্বা ! (খাম্বী )
ইমোম লাংলেন ভাঙোইগী
নীংজবসি থুংহনসি—
নোংখোল— ইমোম লাংলেন ভাঙোইবা
নীংবা পরে কায়দ্রিবা ! (নোক্লচে)
নিংথৌ— চৎলু তন্না অঙম্বা !
দোলাই পাবা পুরগা
তোনাবরু ফারুচো।
ফাজিন্দুনা থম্লিবা
লমজা মচা মহাকপু
চিংভে থাদোকপিরগা
ঐগী নাক্তা থারকউ।

ইনিংথৌ— ইবুধৌবু য়েংদুনা
অমাই তবুং মহাকপু
হাংপদদি হাংমুসি।
কুয়াও হংলাক চন্দুনা
মাগী পুন্সি লোম্বা-ফাও
কৈশুম-শঙদা থমথরো!

নোংথোল— ইনিংথৌ!

( তবুংবু পুদুনা চৎখি-অতোপ্পা মায়কৈ অমরোমদা চেল্লক্লিবী থারিকথাবু তোনাবনা [illegible] )

তোনাবা— হায়য়ু ছিংচা-য়াইতম্বী,
নঙগী য়াইবি কয়বা
মাগী লোংফম তাকথোকচৌ!

থারিকথা— কবি হায়না তাক্লুনি।
মাগী য়াংবি লোক্লবা
ঐহাকীনা উশিল ওই
শিগে চোংথোক্লক্লবী
শরিচেৎপী থারিক্লা
নঙগী চৈফু কিখিদ্রা?

তোনাবা— হায়! হাওশি খুদোপ মলবাবী
হাওমন লাংনা কেম্লবী,
লুখ্রাম্চা শোয়রেম্মু।
শয়ো শিঙ চেপ্নদুনা
শরীৎ-শরাৎনয়বী,
নঙগী নতিক চাবদি—

(থারিকী মতক কল্লগা ফাক-ফাক নোক্তুনা ভাঙনা ভাঙনা চঙলকই)

তোনাবা— মসে মহু চাউরবী
লৈপাক তোওংনবীনি।
ঈরাংনবা কারিবা
লমজা মচা মহাকপু
মানা থাদোকখিবনি।
য়েংজো নিংথৌ পুরিক্লাই।
হা হা হা হা হা! (মকোক উৎলি)

ঙাঙোইলেম্বী—(ঙক্ল) ইতা, খোয়নৌ চান্নবী।
(মমায় খুমদুনা কপখি-নিংথৌ থাঙ্ শৎলগা)

নিংথৌ— অচ্ছা! নঙ্ গুম্বনসু!
নিংথৌ ঐগী লৈপাক্তা
মুপী ফাওবা হাৎলবা!
(শংগ্রিক য়েংদুনা চঙ্লকই)

তোনাবা— হা হা হা হা হা।
কান্নরোইদা পুরিক্লাই।

নিংথৌ— তিঙিঙ বাকোংলাক্লবা,
লৈপাক মরাঙ্ গৌহনবা,
ভরেৎকী শেল চত্তুনা
চিঙু থাংজিং ফাওবদা
নমথাক তৌবা শুম্লবা
নংবু ঐনা থগখিদ্রা।

তোনাবা— নোক্লিংলেদা শরিশো!
কম্লাক কুরু কাব্রবা,
মমীৎ চেক্‌প্ শীরবা,
হুমুরবা থানিজু

অনৌবীগী মমাঙ্দা
কুমজা তরা মঙাগী
নহা শানা ফজুরি।

নিংথৌ— অচ্চা, কয়াদনোসে!

তোনাবা— নৌজরিবী লৈম-মাঙ্
লেন্ন-লেম্জনীংলবা
লিজরবা নিংথৌ-নঙ্
নুরেল কেনবা তারেদো!

নিংথৌ— মীরন্নেনগী খোইরবা
নিংথৌরেনগী মীরাইথোক,
মাদুতগী মঙান্না
লৈবাক পূম্বা ঙাল্লিবা
মঙান্দুগী মৈরক্তা
মৈরাল নঙ্না কৈদৌনি।
থাঙ্গু, অদুক থাঙ্গুহে!

(তোনাবদা থাঙ্না য়াম্থে—ঙাকই-ঙাঙোইলেম্বী লোন্না চেনখি-ঙাইহাক য়ান্নরগা নিংথৌগী থাঙ তোনাবনা য়ৈথদুনা লৈপাক্লা ঢাংখ্রে—তারিবা থাঙ্দা নেত্তুনা ফাক-ফাক নোক্লগা)

তোনাবা— ঙাঙোই নিংথৌ তাজোহে—
"লমজা মাবু ফারগা
খোয়ুম লাইদা ঈরাৎকে।
নুরা ঙাঙোইলেম্বীবু
তোনাবগী ইকাদা
ঙসি-ন্নিমক থাজগে।"
রাফম অসি পন্দুনা

শখি নামুং তোজোহে
নঙগী য়াইবি কনবিগে।

নিংথৌ— অচ-চচ্চা, তোনাবা!

তোনাবা— অদু নংহিক্তুব্রদি
নৈমা মিহুল তমদ্রিবী
লেম্বী মাঙ্দা লেম্ববু
লেম্না-লেম্না হাৎলগা
নৌজরিবী মহাকপু
ঐগী তালোয় ওইননি। (ফাক ফাক নোকই)

নিংথৌ— থাঙভুহে চীম্বীবা,
খোঙ্পাক্কনা তাদুনা
থৃক্তুম্মঙনা শুদুনা
নঙগী য়াইবি লৌবিগে।

(থৃক্তুম্ শিঙ্দুনা চঃশিল্লি)

তোনাবা— হা হা হা হা হা!
হন্নু মাল্লে কাবা নঙ্
য়াইবি মাঙ্বা তারেদো।

(হোচ্চিন্দুনা মশম পায়দুনা নিংথৌবু চিংথগ্রে—থাঙ্ হাইগৎলে—ভাভোইলেম্বীগা নোংথোনগা কন্না চেনশিল্লকই—তোনাবগী হাইথরক্লিবা থাঙ্ নোংথোলগী থাঙ্না ভাক্লগা খোঙ্পাক্কা কাওবদা তোনা নীংথেংননা ভুখি—ভুংদা চেল্লক্লিবা লাম্বী মন্নান্না তোনাববু ফারে)

নিংথৌ— হাৎপনস্নু পেল্লরোই
কৈশুমশংদা থম্মুচো!



# তশুবা উৎপা

## শেম্বি তুমু।

মকম—চীংয়াগী উমং

মতম—অয়ুক।

( তুমুনিংথোগা থীবোগা তাপাক অমমম পায়দুনা চেল্লকই )

থীবো— তোতো! আদা চেন্থরে।
আতু! আদা লৈরেসে!
তুমুনিংথো— কদায়, কদায়ববাইদনো?
থীবো— আদগীসে, হোম্বিবা
উজাউসিগী মখোঙ্দা।
তুমুনিংথো— ইয়া শারো তোবাশাই।
চৎলো ইবো, নত্ চৎলো -
চীংচেপ তান্না চৎলগা
খাম্বি মৈরম লোকুচো!
থীবো— ইনিংথোন্নু লেঙ্লসি।
তুমুনিংথো— ঐহাকসিদা লৈহোগে,
হেন্দোক্লকপা শাপুম্বা
লোইনা তল্লা হাৎনবা।
থীবো— লৈহৈদেনে ইনিংথো।
মকম অসি শাশিংগী
য়াকুম্ য়াথোকফম্বিনে।
তুমুনিংথো— শাকমণ্ডদা লৈরগা
ফাদোবনি শায়ামনে।

ইহে-ইহে! চেনখ্রেশে,
শায়াম্ লোয়না কায়তুনা
মচোয় মচোয় চেন্‌খরে।
থীবো নঙবু চৎলুশে।

থীবো— শোয়বা য়াদে ইনিংথৌ,
শাগ্রেম্নবিগনুকো।

(খাবো চেনখি—নিংথৌ উন্সাউ অমগী মরুমদা লুমদুনা লৈখি—থীবোনা লাউরকই)

থী:বো— চেকশীনবিয়ু ইনিংথৌ,
খাম্বি মৈরম্ লোবদা
শায়াম লোইনা কায়থরে।

তুমুনিংথৌ— মুংশাথীনু ইদাইরেম,
খাম্বি মৈথৌ কনখৎলু।

থাবো— শা-থৎপিয়ু ইনিংথৌ,
শঙ্গী অমা চেনখরে।

তুমুনিংথৌ— হাৎলো তানা লেংদুনা
শঙ্গী অমা হাত্তোক্লে।

থীবো - চেক্‌শিনবিয়ু ইনিংথৌ
ওকপী অমা চেনখরে।

তুমুনিংথৌ— হা হা হা হা হা!
হাৎলে মাধু হাত্তোক্লে। (নোকই)

থাবো— পাম্বা অমা চেম্থোকখ্রে।
ইহে ইহে! কয়ম্নো!
নায়েদুনা পাকথখ্রে।
লাইরেকপিনু ইনিংথৌ!

(কৈজাও অমা চেম্থোরকই—নিংথৌবু উত্না ঙশলকই)

তুমুনিংথৌ— লাওহে অরাং তুরাংবা,
নমীৎ নঙগী অরংবা
তাজীন'সিনা কোথেংকে।

(তা চিঙদুনা শাবাম তৌই—ঙ্রুঙ্রুঙ ঙংদুনা পাম্বা চেগপ চোংলকই)

থীবো— মীৎলৈ নারৈ শিংবিয়ু,
পাম্বা চেগপ চোংখরে,
চেকশিনবিয়ু ইনিংথৌ। (কৈ হোচ্চিল্লকই)

তুমুনিংথৌ— নহাদে তুমুনিংথৌদে।
য়া———————!

(তানা থিল্লি—কৈনা মশা লৈথোক্লগা মখুৎনা য়েথবদা তাজীন লৈপাক্তা য়েশিনখ্রে- কৈগী খুমাঙ অনীশা কন্না ফাখিবনা নিংথৌনা তানীংদা পায়দুনা চিংবদা মুনবা ঙমক্রে—মমীৎ চানদুনা লেয়ে কৈনা পায়ফম হোংল—হোংলদুনা খর-খরা চঙশিল্লকই)

থীবো— থাম্বি মৈসি লান্দুনা
ঐদি চৎপা ঙমদরে।
কনা কনা লৈবগে?
ইনিংথৌবু কল্লো-লাও।
হোই, ও; হোই,—ও!

(লাউরকপা তাবদা শাফবা থঙ শত্তুনা চেনশিল্লকই—নিংথৌবু মখুং ওন্না চিংথোক্লগা মতুংদা থম্মি—কৈগা মায়োক্নে কৈনা হো লাউশা চোংশিল্লকই—থাঙনা থিন্দুনা শাফাবনা

কৈ হাৎলগা মমায় লৈথোরকই—তুমুনিংথৌনা মুন্না য়েংহনা লৈরম্মী—ইশুক ভক্রা )

তুমুনিংথৌ— পাখঙ নহাক কনানো ?
খোয়ুম লাইরা তাইবংবা ?
শাকবা— পম্বোগুম্বা ইপা ও,
ঐহাক তাইবংমুবনি।
তুমুনিংথৌ— তাইবংমুবা লাউনেহে—
নঙবু পান্নী কৌদুনা
ইপা'মুক্তা কোনগেনে।
শাকবা— পান্নী মিংগৌনদুনা
চানবিন্নিবা অদুনা
ওকচরেদা পম্বো-ও।
তুমুনিংথৌ— ন-ঈ নম্বে হায়দুনা
হংগোইবরা ইপাবো ?
শাকবা— কৈসু হংগোইজদেদা।
তুমুনিংথৌ— লাউনে,'মুক্তা কোনগেনে!
পান্নী—! ( কোনবী—শাকবগী মপি তাবা উদুনা )
কন্নিগীনো নহাক্তা
মীৎলু নাপোম ঈনমথায়,
পিনা মীৎম্না চোনবদে ?
শাকবা— মপা কায়না মৈচাক্তা
শিগংলবা থম্মোয়সে
পান্নী হায়না কৌবিবা
সুংশি খোন্দু তাবদা
নৌনা য়েন্নীং হল্লকই।

পম্থো মাবু নীংশিংলক্
মীৎলু ঈরা হৌবনি।

ভুমুনিংথৌ— নপা লৈজক্রবস্থ
লাংগোনবিনি ইপানা।
হায়যু নঙ্গী হৌরককম।

শাকবা— হৌরকফম্না থূমন্নি,
মোইরাংদগী লাকপনি।
শেম্বি-ভুমু নিংথৌগী
মরুম থূপ্না লৈদুনা
শাইদাংজগে লাকপনি।
পম্থৌ, ঐবু নিংথৌদা
খয়া পৃশিনবিয়ুবা।

(অরা ময়ামগা থীবোগা য়ৌরকই)

থীবো— ইয়া! নহাক কনানো?
খূমন মোইরাং মচারা?

ভুমুনিংথৌ— খূমন ঈদা পোকপনি.
মোইরাংদগী লাকপনি।

থীবো— খূমন মোইরাং ওইর'দি
লেংথোকপিয়ু ইনিংথৌ
তাপাকসিনা লেংদুনা
মাগী য়াইবি লোথোকে।

ভুমুনিংথৌ— ইয়া! মাদু য়াব্রাহে—
ঐগী য়াইবি কনবিবা
ইপারীনি খঙব্রবা?

থীবো— অদুম অদুম ওইনমক্
খূমন মোইরাং লৈপাক্তি

য়েক্লবনি ঐথোইগী,
হাৎতফদে ইনিংথৌ।
তুমুনিংথৌ— তয়ুম নমুং হৌখিমু। (শাফবদা)
পারী অদোম নিংথৌবা,
ঐহাক তুমুনিংথৌনি
হায়জনিংবা পূন্নমক
তাকউ তম্মু ইপাদা
পারী পুরি তাক্কুনা।
শাফবা— তুমুনিংথৌ লৈমাবা,
ঐহাক থুমন মচানি।
শাযোনসিগী লাংদাইদা
শেৎনা থাইনরকপনা
পম্খৌ মিংথৈ পনৎদ্রে।
তুমুনিংথৌ— নঙগী কোলোয় নমিংদি ?
শাফবা— তরঙ মালং পোমাবা,
কৌজে শাইয়োন শাফবা !
তুমুনিংথৌ— মথা হায়থৌ ইপাদা।
শাফবা— মীহোৎচাউবা মীওইনা
ঐবু হাৎকে তেমশিঙলে।
ইরম লমদম থাদুনা
শাইদাংজরে মোইরাংদা।
তুমুনিংথৌ— মোইরাংদনা কমদোবা ?
শাফবা— লমজাচানি হায়দুনা
খোয়ুম ঈম্বাৎনবগী
লৈপাক চঙনা ফাদুনা
কৈশুমশঙদা থম্মিরে।

তুমুনিংথৌ— মাত্রই মতুং তাবদি ?

শাফবা— চিঙু নোংদম খোন্দগী
উচিন-নাচিন নাম্থোক্লক
থূয়াখাদা পম্থোগী
চঙ্জরক্লিবসিনি। (মমীৎ ইরা হৌই)

তুমুনিংথৌ— নপা ঐহাক লৈরিভে
কমিগীনো কপ্লিবা !
অপাম্বতা হায়দোকউ
তেংবাংবিনি ইপানা।

শাফবা— শেম্মি তুমু লৈপাক্লা
থূমন মোইরাং লৈপাক্লা
লান্দাদোরি হায়বদি
অচুম্বরা লৈমাবা ?

তুমুনিংথৌ— অচুম্বনি, শেমশারে
খিম্মদনা থোক্লনি।

শাফবা— ঐস্থু অত্ত্ওইর'দি
ইশায় লম্মল খুম্নবা
লান্দাবদু য়াওজগে
ঐবু লৌশিনবিয়ুনে।

তুমুনিংথৌ— নঙনা পাম্বা অত্তমক্
অপাম্বনি ইপাগী। (ময়াম বাধা লাওনরকই)

থীবো— নত্তে নত্তে ইনিংথৌ,
থূমন মোইরাং মচাবু
লৈপাক থাইনা থাজদে।

তুমুনিংথৌ— কমদোরগা থাজনি ?
মীয়াম— মাগী মনাৎ থাদুনা
কবো ঐগী ইনাৎলো
ফিজেৎ-চাকচা ওলহনথো
শরী নামুং ভোদুনা।
তুমুনিংথৌ— পারী করি হায়বগে ?
শাকবা— শেম্বি ফিজেৎ শেত্তুনা
কবো শানা লৈবদি
শাকবনা ভুমগনি।
ইপা-ইপু ইনাত্তি
কৈদোম্নুংদা থাওয়োই।
তুমুনিংথৌ— চুম্মিদনা ইচানা।
ইপা-ইপু ইনাৎপু
পাকহেক থাবা হৌনব্রা !
লৈপাক মীয়াম পেন্নবা
অতৈদুগী রাশকউ।
(শাকবা থৌদুথক্তা কারগা)
শাকবা— শেম্বি তুমু কোল্লিবা
তাবিহৌরো থোয়ুমশা ;
খঙবিহৌরো পুম্নমক
থক্তা লৈবা শোরারেল
খাদা লৈবা থোঙারেল,
মায়কৈ, মরি ঙাক্লিবা
শুংদাই মরি পুরিবা
চিঙু থোয়ুম পুম্নমক,

শাকবনা ঙসিদি
থক্তা নোংদোল্লেমা-থোং,
খাদা মালেম্লেমা থম
থোদু মুংপাক-থক্তা-কা
থাঙলেন ময়া চীক্তুনা
শরী নামুং তৌজরি—
শেম্বি ভুমু লৈপাক্কা
থুমন মোইরাং পাবদা
ঐস্তু হন্‌গা লৈতনা
হুয়েল লাম্নেংনগানি।
হক্লেন মিরেল পুল্লিগে
শমু শমায ওনহ্রোই।
থুমন মোইরাং লৈপাকপু
হংলাক চনবা ঙমদ্রিগে
কবো শানা লৈদুনা
শেম্বি ফিজোল থাখ্রোই।
খোয়ুম লাইয়াম খঙবিহৌ (থাঙ চীকই

তুমুনিংথৌ - লৈপাক পুম্বা খঙহৌরো
খোয়ুমশিংস্তু তাবিহৌ—
থাঙলেন ময়া চীক্তুনা
শরী নামুং তৌরিবা
চখোল্লবা পাখঙসে
ঙসি নোংজাসিদগী
তুমুনিংথৌ ঐহাকী
ইচা ওইরবনিকো! (শাকবদা)

পারী তোম্পোক চাউপোকপা,
লাউনে ইপা কোনগেনে।
( কোনবী, মীয়াম পুন্নমক হরাওনা বাবা লাউনরকই )

---

## ৪শুবা উংপা

### কেগে কোম্নুং

মকম—শঙ্গাই মাঙ্গোল।
মতম—অয়ুক।

( ভাঙোইলেম্বা নিংথৌ শেনবশিংনা থোগল তৌদুনা লৈ )

নিংথৌ— হন্দক মরক অসিদি
লৈচিন কাংলোন য়েংবদা
কত্ত'থুদম কয়া-উই।
কেগে নোংদোল মথক্তা
শামি-লাম্মি থোকইদো।
চান-চিন্না পাল্লিবা
মালেম লৈপাক্লেমগা
নোংদোলৈমৈ মরক্তা
মহু চাউবা নোংফাইনা
মরৌ তৌনা পাইবা উই।

নিংথৌ-শেনবা—অওইবনি ইনিংথৌ,

অথঙ্-অহৈশিংনস্থ
মাতুম হায়না মঙাঙ্‌নৈ।

নিংথৌ— অসিগুম্বা লৈচিন্দি
'কনবা শাবাও লানবাউগী
মমি উৎপা লৈচিন্নি।
করি করম থোকবা,
চিঙু থাংজিং বায়দকো!
(মনাই অমা লাকই-থুরম্মী)

মনাই— ভাঙৌই নিংথৌ পুরিক্লাই,
নোংয়াই খূমন নিংথৌগী
মনাও মোংয়াংনহানা
মপুয় সনা খূয়াবু
ঈথৌ লাংনা ভাইহৌবি।

নিংথৌ — চঙ্‌হল্লকউ ইদাইরেম। (মনাই চৎথি)
থাবুম অনী ফাররে,
লমজা মাবু থিরকপা
ফংবা কোবা মরৈত্রে।
ইমোম ভাঙৌইলেম্বীগী
মকৃশিল্লবা মায়থোঙ্-থা
নিংথৌ ঐনা য়েংডমদ্রে।
(মোংয়াংনহা লাকপা উডুনা)
শানৌ শিঙ্খোঙ্ য়াইমবা,
ইয়াম্বগী তেইহ্লেবা,
চঙ্‌লকউবা কৈদোগে।
(মোংয়াংনহা চেন্‌শিল্লকুনা)

মোয়াংনহা— য়াম্বুং'বুংভো পুরিল্লাই। (খুরুম্মী)

নিংথৌ— করি চায়বিনীংদুনা
শানৌ নঙ্না লাকপনো?

মোংয়াংনহা— য়াম্বুং'বুঙো লৈমাবা,
ননাই ঐগী ইপারী,
মপায় য়াথং মৈশা লাং—
কঙাওননা চৎখিবা
কুমজা অমা ফায়ক্লে।
লোইদাম থাবূম অনীয়োম
পোইরৈ লমদম শিঙ্খুংনা
মাগী খোঙ্গুন লীরকপা
লংজা লংজিন খঙ্খিদ্রে।
কোরৌ শীংবুম খরদং
সনা নাক্তা লৈদুনা
পারী খোঙ্গুল লীজগে
চানবিয়ুদা লৈমাবা।

নিংথৌ — ইয়াম্বনা তাবদি
শানৌ নপা-নচামক্,
নয়াম্বুংগী মপারী
ক্লাকপা-নদুম হাৎগ্রে-তায়।

মোংয়াংনহা— য়াইবিমক্তি মাঙদ্রে'সু
ওম্থোক্লদি লাক্লখ্রে।
ঐবু ফাননবগী
মায়কৈ শীম-শরৌশীন্
থূৎলিংদুনা থম্বনা

নাম্বোক্লকপা ঙমদনা
লোইদাম থাবুম শিপাল্লোম
তরেৎ-সেলুংহনবগী
মরান য়ায়দা লোৎলকই।

নিংথৌ — মপারীনা কমদৌখ্রে ?

মোংয়াংনহা— পারী মেন্সুনহাদি
কাকপা মাগী লাম্নীগা
ননাই ঐগী খোঙলোয়গা
মায়োক্লদ্রিবৈদগী
"চেংলৌ শাইযোন শাকবা"
মিহুন অসি হন্দুনা
থূমন লৈপাক থাখিবা
কুমক্তা অমা ফারক্রে।

নিংথৌ— করি হায়বা ইশানৌ,
নপারীগী মিংহনবু
চেংলৌ শাইয়োন শাকবা !

মোংয়াংনহা— মাহুমক্কি লায়িংথৌ !

নিংথৌ - হন্দক, ইকুই-কুইদ্রিবা
থাবম'নীগী মমাঙদা
লমজা-চানি হায়দুনা
খোয়ুম ঈরাংনবগী
লৈপাক চঙনা ফাখিবা
চেংলৌ শাইয়োন শাকবা—

মোংয়াংনহা— (ফিংনা) লায়িংথৌ !

নিংথৌ— থূমন মোংয়াংনহাগী

মপারীদি ভোম্পোকপা
মেন্সুনহা ওইরেকো।

( নিংথৌগী মায়থোঙ্ ঙকালায়কই-মোংয়াংনহা থুকৎপা মিপায়বনা মাঙ্ ওইরে )

মোংয়াংনহা— কেগে নিংথৌ, কমদোবা!
মোংয়াংনহা মপারী,
অদোন মেন্সুনহাবু
কেগে লৈপাক হুপ্পনা
ঈরাৎনবা ফারবা!
করমতোনা, করিগী?

নিংথৌ— নিংথৌ পুন্সি লৈনবা,
লৈপাকময়া তপ্পবা—

মোংয়াংনহা — তাইবংখোবু ঈরাৎপা!
তাঙ্গো অহু ওটয়নদি
কেগে মোইরাং লৈপাকী
খোঙ্মীদলী নিংথৌকাও
শিঙ্লি মোংয়াংনহানা।
পারী শাইয়োম শাকবা—

নিংথৌ— লমজা ওইরমদুনা
মতীক মপা চা-নবা
নিংথৌরেনগী সনা-ঈ,
সনা ডাঙ্গোয় লীক্লাগী
লীকথৎ লীরু সনলীক
ওইরম্লিবা অসিদি,
নিংথৌ ঐনা পুংহাইরা।

মোংয়াংনহা— মৈবু ঐরাংনরগা
ফুংতাইথোকপা উক্লিবা
কেগে লৈপাক অসিবু
মীশা মীহীং চারবা
হিংচাবগী লৈপাক্লা !
শেংবা তম্বু পুৰিক্লাই,
মোংয়াংনহা মপারী
নোংয়াই মেন্স নহাবু
চঙনা শরেল চল্লব্রা ?
নিংথৌ— চঙনা শরেল চনখিদ্রে,
চেনখ্রে কৈশুমশঙদগী,
মাবু কাবা ভমহোদ্রে।
খিথ্রি, থিরি, খিখিরি—
মাবু কারে গায়রগা—
মোংয়াংনহা— কনাই মতিক লৈবগে
মপা ঐগী ইমাঙদা
মপারীবু কারগা—
নিংথৌ— নিংথৌ ঐগী ইতীক্লি।
নচাক্লবু কাম্রগা
নপা মঙগী নমাংদা—
মোংয়াংনহা— খোৱাং তোক্তো অহুদি
ঐহাক লোইরে শেমজাবা।
নিংথৌ— ইমোম তাতোই লেখীবু
থরায় শক্তা লৈহাম
লৈয়োং লাইদা কংপগুম

কল্লক-মিহৌ চাউরবা
কেগে লৈপাক মমাঙ্দা
কথোকনি মঙোন্দা।

মোংয়াংনহা— য়াম্বুং নিংথৌ, লায়িংথৌ!
(মুংঙাইবা ঈহুল ফাওরকই)

নিংথৌ— উণ্থোকনি ইমোমদা
অউনপোংপু ওইদুনা
ভাঙোই লৈপাক অসিগী
লৈঙাক-রায়েল থোদা-চৈ।
য়েংলকসনু লৈপাক্লা
থাঙ্লেন খুত্তা পায়দুনা
থাক্লা থাক্লা নোক্লুনা
ভাঙোইলেম্বা নিংথৌনা
ভক্লা ভুম্না শোয়গনি
চোংথোক্লকপা পূম্নমক!

মোংয়াংনহা— য়াম্বুং'বুঙো লৈমাবা,
ইচায মৈনা চাকপনা
থোগন-লোনচং-কায়থরে
ইরাল পূম্বা ঙারুপিয়ু। (খুরুমজে)

নিংথৌ— শানৌ শিখোঙ্ রাইনবা
অলোয়ং নঙ্দি খঙ্লিরোই—
উত্তৌক থোনা লৈতরে,
পাজন শোয়ে. ছায়দুনা
ফমদৌ ছুম্ফ্ মন্নিনা
ইয়াম্বু ওৎলৈবা!

মোংয়াংনহা - করমৎতোনা লায়িংথৌ ?
নিংথৌ— কোম্না তমগে ইয়াম্বা।
নপারীগী মকাদা
লোইরঙ শিঙ্খোঙ ওইরম্বা,
নিঙ্ঙোল লাকপা তোনাবা
থাবুম 'হুমগী মতুংদা
অঙাঙ ওলহল্লবগী
রায়েল চৈরাক তাখরে।
থাবুম অনী হৌখরে
তমখক্না মঙায়রে।
মোংয়াংনহা— পারী মাগী খোঙ্গুন্দি ?
নিংথৌ— নীংঙ'ইদনা লৈথোকউ।
ইচীন ইনাও চঙ্দুনা
ফংননবা থিদোকসি। ( মনাই অমদা )
চংলু নহাক চত্তুনা
শানৌ শিঙ্খোঙ য়াইমগী
মুংঙাইনবা শিল্লুচো।
মনাই— ইনিংথৌ! ( অনীমক চৎখি )
(ঙাইহাক লৈরগা কংলা য়াইবুং ঙ্রঙ্ঙ্রঙ লাউনা থিল্লকই নিংথৌ ঙকচানৈ—নোংথোল লাকই )
নোংথোল— ঙাঙোই নিংথৌ ইনিংথৌ! ( খুরুম্মী )
নিংথৌ— হায়য়ু নোংথোল, করম্বা
শাফম লানফম লাকপনো ?
নোংথোল— নয়োঙ্গী শেঙ্গি ভুমুনা
লান্দারক্লে ইনিংথৌ!

নিংথৌ— ইবোঙ্গৈ শেম্বি তুমুনা
ছয়েল লান্দারক্লুবা !

নোংথোল— সনা পুক্নীং ওইবিসি—
শেম্বি তুমু নিংথৌনা
থুমন লৈপাক ঙমখরে।
থুমম নিংথৌ মপারী,
ৱাঙ্গোল নিংথৌ ক্বাকপগী
লুয়েল লৈদা কেনখরে।
অদোন নিংথৌ মিংলেম্বা
মখা পোনখ্রে কবোগী।
লানঙম ফিরাল থেংপগী
মযাঙ্গৈ কাবা অৱানা
নয়ুম লমদম তমচন্না
ফুজিল্লক্লে ইনিংথৌ।

নিংথৌ— করমতোম্বা অঙম্বা ?

নোংথোল— কবোশংনা তোংলকপা,
ৱাকয়ে হিয়াম্মক্তনা
লোক্তাক পুম্ফূল ফুন্‌খরে।
মশীং লাকঙমদরবা
কবো তেঙ্গোল অমনা
খোইরেল পাইব'গুম পাইশিল্লক
কোইশিনখরে ফুবালা।

নিংথৌ— অচু য়ৌর-ফাওবদা
লৈবাক মীয়াম পুম্বদি
য়েশীন্দুনা লৈরব্রা ?

নোংথোল— লৈবাক মীয়াম খোমদুনা
ননাই লাল্লোইহন্নবা
ফুবালাগী লানফমদা
লাপ্পুং মাঙ্ভাইনখরে।
ননাই তোল্লোংখোম্বনা
লোক্তাক খোংবান মরিন্দা
অরা মায়োক্লখরে।
( লাম্মী অমা চেল্লকই—খুরুম্মী )

নোংথোল— হায়য়ু লাম্মী করিনো।
লাম্মী— লৈপাক পুবা অভম্বা,
মতৌ অমা ওইহৌরে।
ফুবালাগী লানফমসে
থিংবা ভমশিল্লক্তরে।
লাম্মী থোমজিল্লকুবা
ননাই লাল্লোইহনবনা
তোয়না হংগচ্চরকই। ( লাম্মী চেনখি )

নোংথোল— ফুবালাগী লানফমস্তু
থিংবা ভমশিল্লক্তুবা! (নিংথৌ মনাই অমদা)
অতো নহাক চত্তুনা
কংলা য়াইবুং য়ৈরুচো।
খোঙ্তেক মীভাঙ্ খাক্তনা
লোইনা লাপ্পুংহনগনি।
( নিংথৌমনাই চংখি লাম্মী অমা চেল্লকই খুরুমজনা )
লাম্মী— কেগে নিংথৌ লৈমাবা,
ইভো নোংথোল ভাবিল্ল

ঈশিংগীলান অক্লনবা
অমুক থিংবা ঙমলক্লে।
খোঙ্মী লাম্মী অরৈবা
লোইনা খোমজিনবিরক্লো,
ননাই তোলোংখোম্বনা
লুনা হংচরকই। (লাণ্মী চেনখি)

নিংথৌ— অমত্তম্ নত্তুনা
ঈশিং-কংফাল অনৌগী
মায়োক্লবা লানফম্দু
কেগে লৈপাক পূম্বনা
থিংবা ঙমশিল্লক্তবা!
চংলু থীল্ল অঙম্বা
শাফি লানফি লৌরুচো
খুৎশূ-খুৎলাই পুরকউ।
লানক্ষময়ায়দা চঙ্তুনা
ইপাম্লমগীদমক্তা
য়েক্ল-মায়োক্লগনি।

নোংথোল— তপথবিসি ইসিংথৌ।

নিংথৌ— ইপাম্বোমগী পাঙম্মা
শেম্বি তুমু ঙমদুনা
চহী কুমজা খুদিংগী
কত্রঙ মীপোৎ কুম্মঙা
লোইপোৎ কাহল্লক্লবা
শেম্বি ঙম্বা পুরিক্লাই
মত্রীনহন্দ্রি হায়বসে

কবো পূম্বা খঙ হনগে।

নোংথোল— তপথবিদি ইনিংথৌ।
ননাই নোংথোল হিংজরি।
কৈশুমশঙদা কারিবা
অকন-অথৌ পুম্নমক
লোইনা থারে হায়রগা
ননাই ঐহাক হৌজিকমক
হয়েন্ লাপ্পংজগনি।
ইরৈবাকীদমক্তা
ঙম্লে কবো লোইশিনগে
ঙমদ্রে য়াইবি মাঙখিগে।
লেংশিনবিরো ইনিংথৌ। (লাম্মী অমা চেল্লকই)

লাম্মী— মাংলে মাংলে ইনিংথৌ!
ননাই লাল্লোই-হনবগী
লুয়েন তোংদম শোইখরে।
তোলোংথোম্বা ফাখরে।
মশীং লাকঙমদ্রবা
অবা তেঙ্গোল অচৌবা
কেগে খুল্লক তমজনা
ফুজিল্লক্লে ইনিংথৌ।

নোংথোল— চৎলু, নহাক চত্তুনা
য়াইবুং অমুক য়ৈরুচো।
কৈশুমশঙদা ঐ চৎলে। ( চেম্নখি )

# ৫শুবা উৎপা

## লোক্তাক খোঙ্বাম

**মফম—লানফম**

**মতম—মুংথিল পোবোপ্।**

( শঙলাকপা মথুং ওয়না নৈপাক্তা শৌদুনা তুরি···থাবোনা তা চিঙ্দুনা থিনগদৌবগী চেনশিল্লক্লি )

থীবো— নবূক মতা ফবদা
তাপাক'সিনা লেংদুনা
নঙ্গী য়াইবি লোগনি।

( থিনগে তৌরবদা শাফবা লাউর-লাউরদুনা চেল্লকই )

শাফবা— ভাইখো, 'য়াম্বা অথৌবা।
( থীবো লেপ্পী—শাফবা য়ৌরকই )
'য়াম্বা নঙ্বু কনানো ?

শঙ্লাকপা— শঙ্লাকপনি ইবুংঙো।

শাফবা— হোৌগৎপিয়ু শঙ্লাকপা ! ( হোৌগৎলি )
অঙম্বগী থব্বায়দি
ঐনা কঞ্জরবনি।

শঙ্লাকপা— ঐগী লাইবকফবনি।

শাফবা— তাওদো, কেগে অঙম্বা,
তুমুই হক্তা লেপ্তুনা
ঐবা হায়রি চাউথোক্লা—
"অয়েব্বদা শিনবা
অচোয়-অপা, অশোনবা
অমুক থারক্লগনু।

তুমু লাম্লোইগনবগা
লাম্বা পাবা য়ারবা
অকনবা'মা থারকউ।
অমমমদং থেংনসি,
অগুম্বা মী অদুনা
লানঙ্ম ফিরাল পায়নসি।"
য়াকম অসি পন্দুনা
ননিংথৌদা হংগংলু।

শঙ্লাকপা— হংগংলুগে ইবুংঙো। ( চৎখি )

থীবো— কেগে মোইরাং লৈপাক্কী
অকন্-অথৌ লৈরক্তে।
মজা'বুংঙো শোয়ররোই,
লানঙম ফিরাল পায়রনি।

শাফবা— মহু চাউবা অমতং
থিবা ফংগ্রি অগুম্বা।
মাগা ঐগা লাম্বানি,
মহাকপুনি শিঙ্লিবা।

( তা পায়বা কবো লাম্নী অমনা পেবেৎ চিংলকই )

লাম্নী — মোইরাং মচা চৎলুনেহে
নিংথৌমচা চাউপোকপা,
চাউনা পোক পোথাইবা।
মাগী মাঙতা হাৎপিকে।

পেবেৎ— কবো সনা ইবুংঙো,
সনা মতুম হেক্মানবা,

হাংহৈদুবা পেবেংনি
হাংকন্মুকো পেবেংপু।
লাম্মী— হাংহৈতবা ওইর'তি
নকম্লাক্কা কমপিকে। (তাখোক্লা কম্মী)
পেবেং— কমগন্মুনে স্নামতুম,
মাদু য়াবা পেবেংকী
সনা হকচাং নত্তেনে।
লম্মী— কৈতৌতনা য়াত্রিপা ?
পেবেং— কৈদৌনবা য়ারুনি।
মোইথাপ-কুম্না তথোংপা,
লায়োনগুম্না তনৌবা,
লৈতান্গুম্না তবেংপা
পেবেং সনা হকচাংনি।
তাখোক্লুনা কম্ল'দি
পত্রং-পত্রং পংলোইত্রাও ?
লাম্মী— নচীম্বীপা শাপতি
তানা থিনকে নপূক্তা।
পেবেং— হায়হৈদেনে মতুমম্লা।
নহারুদি খঙ্ত্রিবা
পেবেং হাম্লবা অসিদি
লুখ্রপোংনি ওম্বোক্লা।
হাত্তোকপদি হায়রুনু
ফুকাও ফুহৈপোং নত্তে।
হেক ফুবদা হেক লাইচুবা,
পেবেংনিনে লাইপূবা।

লাম্মী— নচীম্মীপ্রা করিকী ?
চক্তুম চৎলু তানীংতে।

পেবেৎ— হাৎকমুকো ম্নাগুম্বা,
কংগুককা গুদুনা
পেন্না পীজদোপোৎনি।
হা ইবেম্মা পেৎমুবী,
কংগু গুবমক্তুদি
লাইমা হৈবনিদকো!

লাম্মী— পেৎমু চাকে পেৎমু।

পেবেৎ— করি! কবোসনা কৈদোবা!
পেৎমু চাখোকপ্রবদি
কৈদোরুনি পেবেৎনা
তাইবং চীঙ্গাক চাবগী।
য়াপঙ্তনা চীক্তুনা
য়াম্নদোবা পেৎমুনি।
চানীংলগা কংগু চাও!

লাম্মী— কংগু কল্লি চানীংতে,
য়াপঙ্ য়াওক্রে শাইনপা।
পেৎমু চাকে পেৎমু।

পেবেৎ— কবো সনা ইবুংঙো
সনা শোনোচুবোইনা।
পেৎমু—অচাপোৎ নত্তে,
পেবেৎ ঐনা লোবনি।

লাম্মী— নঙ্ লোগমু, ঐ লোগে।

পেবেৎ— ইয়া ! মতোইনরহে !
লান্মী - মৈরীতত্তি কা-কনি
ওম্ত্না লোকে থাইমৈত্তা ।
পেবেৎ - পেৎম্নু হায়দি মীনিনে,
ঐনা লোবা নতৈমা।
লান্মী - করি হায়পা মোইরাংচা ?
পেবেৎ— নতৈমা হায়বা নতৈমা ।
লান্মী— মচীন্থীপা চীন্থীপা।
ননপৈপা পোৎপুতি
কৈতৌনপা চা-কনি ।

( ইল্লি থীবোগী মনাক্তা পেবেৎ তুই—তপ্না তপ্না হেং-গৎলি—কোয়েং য়েংই থীবোদা )

পেবেৎ - য়াম্বুং নিংথৌ নত্তুরা ! ( শাক্‌বদা )
হৈমা ! ইবুংঙোম্না !
খডিডপোৎনি অওইবা—
ঐপী য়াম্বুং নিংথোগা
'থোয় স্না ইবুংঙোগদি
পেবেৎ হাৎহৈদে,
হেক হাৎপদা হেক্ লাইচুই -
হায়বা খঙ্লিপোৎনিদা ।
য়াম্বুং নিংথৌ, নত্রনে ?
নিংথৌ— ভাওশিন্নবা শারদ্না,
তাপাক চানীংবরহে ।

( তা পায়খৎলি—পেবেৎ অমরোমদা চেল্লি )

লান্মী - লাও, ওজুনা থিনকে লাও !

( পেবেৎ মথুং অনীন্না মকোক পায়দুনা ফংথখ্রে )

পেবেৎ— হা পেবেৎ, হো পেবেৎ!
পেবেৎ নঙ্‌বু পোন্নবা!
ননীং নমাঙ্‌ হোত্রোংহো,
পেম্মা পেৎনু কা-কোক!

শাফবা— হা পেবেৎ!

পেবেৎ — হো অয়ো!

শাফবা - পেবেৎ নঙ্‌বু ভাত্রহে?

পেবেৎ— অয়ো অয়ো তারিয়ে।

শাফবা— পাইখ্রো পেবেৎ, পাইখরো।
নবুঙ্‌দু থান্নকউ।

পেবেৎ - হোনে, মাচুম তৌসিনে,
বা-খঙিডদা করোস্না
তোনাবদো থান্নকে
ঐগী উশিল ওইহৌরো। (চেনখি)

থীবো -( থাপ্লা য়েংলুবগা মাঙলে মচা ইবুংঙো।
আদগীসে য়েংবিয়্যু।

শাফবা— ( য়েংলগা ) শোয়বতাবে করম্নো!
ইয়াম্বনা কোইথোক্লা
অসোম পাংনা চৎলগা
নাকচেক্লনা হোচ্চিল্লু।
ঐনা উরক্ শম্লগা
মায়োক্লনা য়ানশিনগে।
থীলে 'য়াম্বা অঙম্বা।

( অনীমক হাইদোক্তুনা চৎনখি — তুমুনিংথৌ তোনাবনা য়াম্বন্নক্লিবা থাঙ্ ভান্ন-ভান্নদুনা নীংহম্মনা লাকই )।

তোনাবা— ঙাকউ, ঙাকউ শেম্বি-চা !
হিংননবা ঙাকচোহে।

তুমু নিংথৌ— নচীম্ভীমু মোইরাংচা !
ঙম্লে ঐবু হাম্ভোকউ
ঐনা ঙম্লে হাৎকনি।

তোনাবা — অচ্চা ! নঙ্গুম্বনমু
ঙাকউ নতীক লৈরগা !

( কম্না য়াম্থে—নিংথৌগী থাঙ্ লৈপাক্তা তাখি—তোনাবনা চোংশিন্দুনা তুমুনিংথৌগী মশম পায়খ্রে )

হা হা হা হা হা !
খঙ্লব্রহে শেম্বিচা !

তুমু নিংথৌ— থোয়চৎনমু মোইরাংচা !
অনী পাম্নরবদি
অমা তুবা মশিন্নি।
হাংলো ঐবু লোইশিল্লো।

তোনাবা— হৌজিক ফাওবা নাবাঙ্লি।
মালং শহুম লাংবদা
তনীক তনীক থাঙ্লবা
থম্নাথকী লাইজগুম
পোয়েপ পোকম চাত্রবা
শেম্বিমচা নঙ্নমু
মোইরাংচাদা শিঙ্বা-শাই !
শিজরোহে মীতম্বান !

( চিংথরগা মঙক করুবা থাঙ্ হাইথরকপদা শাফবনা চেন-শিনকুনা মাগী থাঙ্না তোনাবগী থাঙ্য়াম ওক্লগা মখোঙ্না

কন্না কাওই—তোনাবা তুমু নিংথৌগী মশম পায়বা থাদুনা নীংথেং মনা ভুথখি—শাফবা চেনশিনখিদুনা তোনাবগী থাঙ, পান্নবা মথূৎ মখোঙ্না নেৎলগা মপূক্তা থাঙদোন্না নম্মী)

শাফবা— হা-হা-হা-হা তোনাবা,
ইবো নহাক ওইরেকো!
নহাক চোংথোক্রবা
লান্না শিঙ্খ্রী ঐনদি।

তোনাবা হায়য়ু নঙ্দি কনানো?

শাফবা - মুন্না য়েংলে হায়রগা
কনা মাপ্নি হায়য়ুহে!

তোনাবা— শেম্মিংচা নত্তনা
পোইরৈচংনি হায়গেরা?

শাফবা— শিরমদাউগী চেক্পশী,
শোরি-পান্ন উবোইদো।
শাফববু শক্ খঙ্দে?

তোনাবা— মানি নহাক শোয়দরে,
লোঙ্গ্না-লোম্প্রবা
শাফবদো নহাক্কি।
নক্রবদি খঙ্জোহে—
মায়োক্কবা লানফমদা
মায়বোং য়ারমদোবনি।

শাফবা (নোক্কুনা) হোংগংলুহে তোনাবা,
কোংজা-নবা নহাক্কা
লোঙ্গ্না-নবা ঐহাক্কা
লান্না-নসি ঙসিদি!

তোনাবা— (হৌগত্তুনা) কফূৎমচা মঙ্‌নস্থু
অরৌ-লঙ্‌লি ঐঙোন্দা !
মাগী লাল্লাও তাবদা
লোক্তাক ঈশা মাপন্না
কন্না ঈথক হৌরিবা,
মুংশিৎ নোংলৈ মাপন্না
নাকোয়্‌নশা হুম্লিবা ;
কোলোয় মিংলেন পনবদা
তাইবং থরায় পূম্বনা
নিংদোন-চেঙ্গুম-চেঙ্গা-ন
মরু নৈদা লূক্লিবা,
অদুগুম্বা তোনানা
লোইশিনবদা নহাকপু
রাংলেন পুঙখায় ফাগত্রা !

শাফবা— হা-হ-হা-হা তোনাবা !
শিরমদাইগী তায়োন্দা
চোইরোল-পারোল লোন্দুনা
চোইদ্রং-পাদ্রং ঙাঙলি'বু
লানফম ময়ায় অসিদা
তুমথুল হুন্না তূমদুনা
নমৎ মঙ্‌লিত্রনেহে !
নমঙ্‌দুগী মহৌদি
নমং য়াত'-নবান
নমং ফংবা তারেদো !

তোনাবা— হায় ! হুরান-শাজৎনরবা,
করিগীনো নহাক্না

মুঙ্গা ওইবী অমবু
অশিখোঙ্‌দা হুপ্পিল্লম্‌,
মুপীই ঙ্কিজেৎ শেঙ্গুনা
কৈশুমদগী চেনখিব্রা!
নীপারহে নহাকপো!
শাফবা— করি হায়বা তোনাবা!
থারিকথাবু শিরবা?
মাবু হাৎপা কনানো?
তোনাবা— কনানবু হাৎকনি।
শাউদোক্লকপা মতমদা
অশং-অমাং খাঙ্গুনা
তক্ল-তুম্না চারবা
খাম্বি মৈরীগুয়বা
তোনাবনা হাৎতনা!
হা হা হা হা হা!
শাফবা— মুপী অঙাঙ্‌ খাক্তুবা,
শাথিরবা নহাকপু
ঐনা হিংহনখিগদ্রা!
খাঙ্গু, অদুক লেপ্পুহে।

( হোচ্চিন্দুনা থাঙ্‌গা থাঙ্‌গা য়াম্নরে—তোনাবগী থাঙ, য়েথঙ্গ্রে—শীংহন্নবা তোনাবু শাফবনা চেনশিনখিদুনা মশম শায়দুনা কারে—থাক্লা থাক্লা নোক্তুনা তোনাবগী মন্তক কক্লগা শায়দুনা পুরক্রে।

শাফবা— থারিকথা!
পাম্মু মুংশি ঈপাক্তা
ঈরোয়নদি শাৎলগা

ঈপাল্লাংদি লাংঙমদা
ঈখোঁয়াঙ্না কেয়্খ্রবী,
থাঙুথক্কী থাম্বিকথা।
নতা লৈরাং থম্বানগী
পান্নবা শীন্বদা
পামজন্নবা খোইমুবু
শাবি কৌসি কোঙমদা
থংলেন হায়সি হায়ঙমদা
নীংজ-পূম্বা থাদুনা
ইদু নিংথৌ কৌখিবী,
থম্মোয় ম্বাংবী থাম্বিকথা,
লৈচিন-পোমাই-তূন্নবা
কোয়ৌ নোংথোঙ হাংদুনা
নপান্নমদম মোইম্বাংদা
'মুক্তা নোংগুম্নকউবা,
নদু নিংথৌ নৌপাবা
কচ্চম্বিবা থূদোলসে
নখূৎমক্তা কৈদৌগে
লোবিরোবা ইচেম্-ও।
থাম্বিকথা—! ওঃ—!

( ভূয়োই ভায়োই তৌই-নিংথৌ হোচ্চিন্নক্কুনা )

তুমুনিংথৌ— পারী তোম্পোক, চাউপোকপা!

( কোনশিল্লি-থীবোনা নোংথোম্বাবু ফাদুনা পুরক্কই )

থীবো— চৎলুনেহে পুকচোনবা। (ইন্দিন্নকই)

তুমুনিংথৌ— কেগে নোংথোল অঙম্বা,
ম্বায়েল লান্না শেঙ্গাবা,

মীগী লম্না পূকথোনবা
হৌজিক ফাওবা শিরমত্রি?

নোংথোল— ভূমুনিংথৌ থোয়গন্নু!
নতীক ইতীক ইথৌনা
খঙ্‌নরিবা ঈশেলনি।
লোম্নাই-খোম্নাইদবগুম
লৈপাক মচা তাদনা
পঙ্‌চাঙ্‌ চাঙ্‌বা হৌনব্রা!
নখুৎ চল্লবনি ঐ
হাংকে হেক্‌মক্‌ হাত্তোকউ।

ভূমুনিংথৌ— মীবুক্তগী কোৎলগা
নবুক পূকচাউ থোন্দুনা
নপূকংবা, পুকচোনবা,
শিজরোহে পূক্‌ফৎত!

(তানা থিনগে তৌই শাফবনা খাম্মী)

শাফবা— ইপা নিংথৌ, অথৌবা,
মাগী য়াইবিসিদদি
চরৈ ফিগাও শাদুনা
নিজগেবা মচানা।

ভূমুনিংথৌ— পারী চাউপোক লৌজরো।

শাফবা— হৌগৎপিরো অঙম্বা।
লেংবিখিবা য়াবনি।

(শাফববু মুম্না য়েংলম্লগা নোংথোল চৎখি)

ইপানিংথৌ করম্নো!
শেম্বী তেঙ্গোল অচৌবা

খূল্লক বাইজিনথিদৌরে।
ময়ুম কেগে লৈপাক্লা
ইখা পোল্লে হায়দুনা
হায়জরবা মতমদা
ইরেম্লেম্না চঙসিবা ।

ভুমুনিংথৌ— ননীং তৌজৌ হায়দুনা
য়াঞ্জবনি ইপানা!
অঙম্বস্তু চৎসি লাও,
মীয়াম অসি থিংলুসি।
(নিংথৌ থীবোগা চৎখি—শঙ্গলাকপা চেল্লকই)

শঙ্গলাকপা— লানবাউ হায়জরুরেদো,
লানবাদুস্তু লাকহৌরে।

শাফবা— লানবাদুদি কনানো?

শঙ্গলাকপা— খুমননিংথৌ মশানৌ
মোংয়াংনহা তেনগুবা।

শাফবা— (হরাওনা) মোংয়াংনহা তেনগুবা!

শঙ্গলাকপা মানি, মোংয়াং নহানি,
মচা থিবা লাকপনি।

শাফবা— করম তৌনা অঙম্বা?

শঙ্গলাকপা— লানবাউ অদু তাবদা
কনা চোংথোক্লকরে।
অহল ওইবা নিংথৌনা
লানবা পানি হায়দুনা
হৌগৎলকপা উবদা

চোংথাক্লকপা মহাক্নি।

শাকবা— মোংয়াংনহা শোয়ক্লেকো ?

শন্ডলাকপা— শোয়দ্রে, চেকশিনবিয়ুকো !

শাকবা— মতম কুইনা তাল্লকপা
ভসি ফংবা তারবা !
(হয়াও-মুংঙাইনা নোকচৈ)

শন্ডলাকপা— কপ্পনবা নোক্লিব্রা ?
অমতংগী লানফমদা
মাগী লানবা লৈত্রবা
খুমন মোংয়া' নহানি।
শেম্বি লাল্লোইহনববু
মানা হাৎপা ভমদ্রগা
লাল্লোইহনবৈ মথুম্ভা
মানা শিবা হায়বসে
মাগী শরী নামুংনি।

শাকবা— (নিংবা কায়না)
করি হায়বা অঙম্বা !
ঐবু হাৎপা নত্ত্রগা
ঐগী থুম্ভা মা শিবা
মাগী শরী নামুংকো !

শন্ডলাকপা— মানি মাগী শরীনি। (চৎকে ভৌই)

শাকবা— ভাইহাক্তংদি ভাইবিখো,
ভাঙোইলেম্বী কমদোরি ?

শন্ডলাকপা— ভাঙোইলেম্বা নিংথোনা

শাফববু থিরগা
থাজবিনি হায়দুনা
মাবু কম্না থিনরি।

শাফবা— অসি'মতা পীবিবু।
( খুদোপ লৌথোক্লগা পী—মুন্না য়েংলগা )

শঙলাকপা— 'বুংঙো নঙবু কনানো?

শাফবা— ফিজেৎসিনা ঐহাকপু
অরোনবনি তাকপরা?
শোয়বিন্নুকো অঙম্বা
ঙসি'সীনা ঐহাক্কী
অরোইবনি হায়বিরু।

শঙলাকপা — করিমতা শোয়ঙরোই। ( চৎখি )

শাফবা— ( নীংবা কায়না নোক্লগা )
খোয়ুম ওম্বোকপনিদা!
( মোংয়াংনহা লাকপা উরদুনা )
ইপা 'বুঙো অপোকপা,
নঙগী রাশক ঙাক্লবা
ঐনা লোম্থু পুন্নবগী
য়োঞ্জরিবা পূম্নমক
ঙাকপিয়ুকো পম্মৌ-ও।

( মপাবু মুন্না য়েংদুনা মপি তানা থুরম্লগা লৈথোক্কুনা লৈ—মোংয়াংনহা য়োরকই )

মোংয়াংনহা— কদায়, কদায়রাইদা লৈ—
অমমমৃতং পাম্নবা
লানগী লাম্বা শিঙলকপা

শেম্বি লাল্লোইহঙ্গবা
লাম্বা-নসি থোরকউ।

**শাকবা—** থেংনসি লাও, চঙ্লকউ
থুমন মোইরাং থানসি
অঙম্বনা লোক্লসি।

**( শাকবা উবদা মোংয়াংনহা থূক লাউত্তুনা মখোঙ্দগী মকোককাও চাগদোগুম্না য়েংলগা— )**

**মোংয়াংনহা—** নঙ্! নঙ্! নঙ্বু কনানো!

**শাকবা—** হা হা হা হা হা!
করিনোনে পঙ্গৌ-ও!
মীৎম্না ইকূপ কূপ্তুনা
চাগদোগুম য়েংলগা
মুংশা মপী হোনববু
তৌবা ঙম্মি খন্দুনা
ঐহাকসিবু কিবরা?

**মোংয়াংনহা—** হায়য়ু নহাক কনানো?

**শাকবা—** ঙাওরবরা ইপা ও।
লাম্থেংনবা লাক্লগা
তীঙক্-মায়ঙক্ লেপ্লদি
নীপা লাইমা মান্দেদা!

**মোংয়াংনহা—** থূপকম্নে নহাকপো!
খোল্লে-খোন্থোক তাবদা
থশোয় লাইয়ুম ফূক্লবা;
মীচচুরবা শক্তম্না
নঙগী শাবান ওইরিবা
পাখঙ্ নঙ্বু কনানো?

শাফবা— শেম্বিমচা মান্দনা
ঐবু কনা মান্না উই ?
ইপা নঙ্‌তুম হায়দোকউ
ঐবু হাৎকে হাম্নতুনা
শরী নামুং তৌবরা ?
মোংয়োংনহা— অমমমতং পাংবা
লানগী লানবা শিঙ্‌লকপা
লাম্লোইহনবা মাবুনি।
শাফবা— "ঐনি, ঐনা শিঙবনি,
লানগী থৌরাং তৌজরো !
মোংয়াংনহা— পাখঙ নঙবু হাখিন্নু,
নঙগা শকমান্নরবা
কুমজা'মদা নাওনৌবা
পারী শেৎনা-মৈচাক্লা
পিগংদ্রিবা ঐহাক্কি।
কোলোয় ফিগৈ শেংঙ্‌দা
চেংজৌ শায়োন শাফবা
নোংয়াই মেন্সা নহাবু
পাখঙ নহাক খঙবরা ?
খঙলবদি হায়মুবা
মাগী মুংশি শক্তময়েং
ইথামুংদা চেৎনাকোন
মপা মচা ওইবগী
মুংশিনবৈ ঈপাক্তা
অমুক্লেদি তাউজগে।
শাফবা— মশক মাং লোৎপনা
শাফবা মহাকপু

করম তৌনা খঙগনি।
নৎতরেদা পল্লৌ-ও
লাম্লেংনবা লাক্লগা
পিনৌরবী মুপীগুম
নপারীবু পন্দুনা
মীৎম্না ঈম্না হৌবনা
অকন অথৌ ওইরোইনা
খাঙ্গী তাগী মচীন্দা
মপা মচা খায়বরা?

মোংয়াংনহা— পাখঙ ফিংগংখিগন্নু
পূকমেন পাউমেন্নখিসি।
নঙদি ঐবু খঙবরা

শাফবা— খঙিঙ, বাশক ঙাকপদা
থম্মোয় থোদু নুংগুম্বা
থূমন মোংয়াংনহানি।

মোংয়াংনহা— লোয়রববরা অতুনা?

শাফবা— লোয়দ্রি খঙলি অতৈম্নু!
শরী পন্দোল্লোমতুনা
ঐবু হাৎননবগী
লাম্লেংনবা লাকপানি।
খঙভু, ঐম্নু ইপা-ও।
মাবু পোকপা পম্বোগী
বাশক ঙাক্লনবগী
মায়োক্লবা লানফমদা
মায়রোঙ য়ানা লেপ্লিবা
থম্মোয় কনবা অমনি।

মোংয়াংনহা— করি পাখঙ কমদোবা ?
নঙ্বু পোকপা পম্বোগী
বাশক ঙাক্লনবগী—

শাকব'— কামদ্রেদা পম্বো ও
তাবা, লৈবা ঙম্লক্তে।
মীকপ-মীরাউ চাউরবা
কুমগা থাগী হঙ্গোইগুম
তেংথা নাণ্ডইবনদি
বাশক ঙাকপা ঙম্লোইদা।
কিরবদি কৈদোনা
শরী পন্দোম্লোমহনা
লাম্থেংনবা লাক্লিবা !

মোংয়ানহা— অচ্চা, মতোয়নরহে !
পারী মাল্লি হায়হনা
মুংশিহনা হংলগা
থকশি খাশি নাইদনা
অরৌ-লঙনা খুম্বশাই।
নঙবু হাৎলে হায়রগা
নঙবু পোকপা পম্বোনা
পারী কায়না মৈচাক্লা
ঐনা কপ্কুম কপ্কনি।
বাখল অসি খন্দুনা
থম্মোয় শোম্থাংনবনি।
হায়জরোহে তোনাম্বা,
থাঙলেনগী লান পাম্বরা,

চাইনসিয়া তিমেন্না
অপান্বতা খঙ্গোহে।

শাকবা— কায়দেদা ইপা-ও,
চাংতানিদা ইমাগুদা ;
খুমন লৈপাক ঙম্লবা
কাকপৈ মঙক কক্ত্ুনা
ইশায় য়াশক ভাক্লবা
শেম্বি লাল্লোইহনবনি।

মোংয়াংনহা— করি !
নশায় য়াশক ভাক্লবা
কাকপৈ মঙক্ কক্লবা !
নহাক অদু ওইর'দি –

শাকবা— ঐবু অমুক কিয়ত্রা !

মোংয়াংনহা— অচ্চা ! কয়াদনোসে !
শাবাং লাইনা খঙসনু
অপান্বতা খঙ্গোহে !

শাকবা— লম কুন লাপ্না লেপ্লসি,
তেনগা তাগা পায়নসি।
তেন্শুহৈবা নহাক্কি
তেন্না হান্না পান্দমজৌ।

মোংয়াংনহা— পাখঙ্, লান গ্রেম্নজনু
অত্তোপ্পা'মা খঙ্গহৌ
শিজন্নুনা তোকচনি !

শাকবা— অনীয়ক্তুম পান্দমজৌ।
অহানবগী তেঙ্গেদ্রু
য়ৈথরগা তাপাক্কা

লাইল্লেমদা কখোকে।
অনীশুবা অতুনা
ইথবাক্না ওল্লগা
তেন্‌দা'মুক পীবিগে।

মোংয়াংনহা— অচচ্চা ! কয়াদনোম্নে !

শাকবা— য়েংজো চাংদম্নতুনা
থোড়মুংগী মকন্‌গা
ঐগী থম্মোয় 'সিগীগা
কনম্বনা কনবগে ?
অনীশুবা তেনকাপ্তো
নতীক থোনা অপূন্না
অরেম্বদা তাহনগে।
হিন্নী চেৎনা হংলাকচন
পায়মা থাগোম্নরিবা
নঙ্‌গী বাখল অপূন্না
মকু ফংনা মাঙ্‌হনগে।

মোংয়াংনহা— ওল্লু, চৎলো লেপ্পুচো
লম্‌-কুন থাপ্পা মকমদা।
নঙ্‌গী য়াইবি লোৌবিগে।

(অনীমকপু মীয়াম্না পূমকোয় কোয়শিল্লক্লে— শাকবনা ভাখোক্তা লম্‌ ওল্লগা ওনবা হোৌরকই— মাগী শাজৎ শাবান, মতৌ উবদা মোংয়াংনহা মুংশামপী হোন্দুনা মুম্না য়েংচুনা লৈরি— শাকবা লম কুন্দা লেপপ্রে— মোংয়াংনহাগী মতৌ উবে।)

শাকবা— কাপ্‌ত্রবদি কৈদোৌরে ?
য়েংজো মীথয়েং লাক্লুনা
নোংচুপ চীংয়াং লপ্‌থুবা

তাথঙ্গিবা ঙ্গোইময়ায়।
মশেক মঙাল পূন্নমক
লোইনা তাশীন্ খোমজীন্না
মালেম ঙানবা মহাক্না
তাখিবগা লোইননা
থৱায় মিরেল কোন্দুনা
পুন্সি-খোঙ্দোয় হুল্লিবা
নঙ্গী নপোক অদুগী
হয়াও-মুংঙাই পূন্নমক
তাইবংদগী তাক্হনগে।
কাপ্পু, কাপ্পু, পল্লসু।

মোংয়াংনহা— কয়াই মতীক নাবাঙ্বা।
থোইচৎনবা পাখঙ্নো।
লেপ্পু, অদুক খাঙ্ঙুহে!

( মথা চীক্তুনা তেন কাপ্পী— শাফবনা তাপাক্না কল্লয়গা )

শাফবা— হা-হা-হা-হা-হা কমদোই!
কাপ্পু, চুন্না পান্দমজো
অনীশুবা অয়োইবা!

মোংয়াংনহা— অচচ্চা! মাগুম্বনস্ত্র!
য়েংজো, পান্দল্লিবসে
নঙ্গী পুন্সি কোয়বা
অয়োইনগী থৃকাপ্পি।

( তেন কাপ্পী—শাফবগী থবাক্তা তেঞ্জিন থুন্না পাল্লি—মোংয়াংনহা ফাক ফাক নোক্তুনা লৈ - শাফবা তেলা তুংলোমদা খোঙ্থাং অনী অহুম চেল্লি—মথৃৎনা মথবাক্তা য়ুংলিবা তেন পায়রগা তুয়োই ঙাওোই চেনশিল্লক্তুনা—মপাগী মমাঙ্দা লেপ্লয়ে)

শাফবা— ইপায় ৱাশক ঙাকপগী
নচা মেন্সু নহাগী
অয়োইবগী খূদোনসে
লৌবিয়ুবা অপোকপা !

( হায়ত্নুবা মথবাক্তা য়ুংলিবা তেন শত্তুনা মপাগী মখোজা কহলগা ·[illegible]থ্রে শাফবা—মোংয়াংনহা ইফিং-ফিংনা )।

মোংয়াংনহা— পায়ী মেন্সু নিংথৌবা,
মাংলেদনা ইপাদে। ( কোপ্নি )

তুম্নুনিংথৌ— পায়ী তোম্পোক চাউপোকপা,
ইপাবু করি ওইরোগে ? (কম্নী)

শাফবা— শাফরে ঐ শাফরে—
ইপায় ৱাশক ঙাক্তুনা
ঐগী শাইয়োন শাফরে।

মোংয়াংনহা— পায়ী, শাফরব্রনে--
মপায় ৱাশক ঙাক্লবা
মপা নীংবৈ ঈহৌদা
শেংলবা ঈ থম্মোয়গী
খূজোক খূজোক্ কত্তুনা
পায়ী মেন্সু নহাকী
শাইয়োন শাফরব্রনে ?
শাফবা,
ইপায় শাইয়োন শাফবা !

( ঙাঙোইলেম্বী কম্না চেন্নকই )

ঙাঙোইলেম্বী— কদায়, কদায়দনোনে !
শাবি ইমান মচানা
পোথারিবা লমহুবো !

মোংয়াংনহা— এ ! এঃ ! করম্লো !
ইচাগী শোর পীকথখ্রে !
মিহুল হুঞ্জিল্লক্তরে।
প্যারী তোম্পোক, ইপাবু
করি ওইরো হায়বগে !
শাফবা,
ইপায় শাইয়োন শাফবা !

ভাভোইলেম্বী— করি হায়বা ! কমদোনা !
ঈভাঙ পা তক্লরগা
ঈমু পাম্ফেম্নদুনা
য়াত্তারিবা অদুবু
বাথোকচাউবী ভাভোইগী
লোয়ন-লোয়িন ওইদুনা
পরা'য় মিরেল কোল্লিবা
শাইযোন শাফবরনে !
মাঙলে ঐদি মাঙজরে
শাবি মাঞ্জা পাম্মুবা !

( চেনশিনখিদুনা শাফবগী মখোঙ কোনখ্রে )

মোংয়াংনহা— পারী খোঙদা তুরিবী,
থরো-কাঙক্রম ওল্লিবী
মুঙ্গা নঙবু কনানো ?

ভাভোইলেম্বী— পম্লো মানবা ইপা-ও।
শাবি মাগী মকাদা
তোঞ্জরিবা লম্মনসে
পঞ্জিরমদাই মতমগী

মীৎকূপসিগী মনুংদা
'খুক্তা শিংজছোগেবা !
শাকথবু নুজাগী
কৈরা থক্তা পীনৌবে।

মোংয়াংনহা— কৈদোনবা পীগনি।
মীৎকূপ 'মতা কাংদনা
কোন্দু-নতা থম্লিংবা,
কোঞ্জনিংবা মচানি।
শোয়গী ঈহুল ভাম্লবা,
কায়নরমদাই মতমদা
অত্তগুম্বা মচাবু
পীথোকত্রা মীথুত্তা।

ভাভোইলেম্বী— নৎতয়েনে পম্থৌও !
পায়মা পুকচেল কনখিন্দু।
নুজা ঐগী কৈরাদা
মাবু শিন্নবিয়ুনে।

মোংয়াংনহা— তম্লোই, থারোই ইচাবু,
নুংশি নুংশি য়েংতুনা
পেন্না পেন্না কোনখিনি।

ভাভোইলেম্বী— মী নত্রবা নহাকপো !
মীওইনদি পোক্লগা
অপাম নুংশি নুংভোনগী
মতীক ময়াঙ্গ থত্ত্রবা
কৈদা ওইনা পোকপরা ?
মথোক কারকুভোগী
অপাম থোগল তৌহুনা

ফুংতাই শরুক কংক্রিবী,
পাম্বু মাক্তা শাত্নবা
ফুংশি-নৈচিন্ তম্ক্রিবী,
লাইবক থীবী মুক্তাবু
ফুংশিবিদে করিগী!
হান্নিঘুনে কৈরাদা
শাবি মাবু চেংমাকোল,
ফুংশি চেংলৌ-চাক্লোক্লা
মীংকুপ অসী মতংদি
মোন্নুই ইনীং থুংলগে।
মোংশাংনহা— চুম্মি, চুম্মি নহাক্লা!
মপা মচা ওইবসী
নীংম-ফুংশিনবদি
ঈচেক্রবা ঈশীনি।
শাবি শাবৌ অসীগী
নীংব-ফুংশিনবদি
ঈচেল ঈতিমত্থনা
ঈরৈ তানা চেম্ববা
থিংগমক্রবা ঈচেম্নি।
লাওনে, কোপ্পহৌরোনে।
( তাঙোইলেম্বীগী কৈরাথক্তা শিন্নবে )
তাঙোইলেম্বী— ( মুম্না রেংলগা )
পাম্না ফুগী পাম্বুবা,
শাবি মাক্লা ফুংশিন্বা,
মনাও লাইবক চাডবীবু
খংলেন কাউবিরক্কা'!

থাবল্লা কবোক পোক্লবা;
মালংনা মরাঙ্. হৌরবা,
ইরাং খাংবী হৈরাঙ্.গা
মরাঙ্. হৌবী লৈরাংগা
হেদো কামিন্নথিবা
নীংশিংদব্রা অহীংদো !
অত্নগুম্বা অহীংদা
হৈকোল-লৈকোল ময়ায়দা
খুৎকা খুৎকা পাল্লোইনা
মীচ্চি মীচ্চি মীচ্চানা,
পাম্মিন্নসি থারেপ্পা
শিন্নিন্নসি তেমশিংনা,
নুংশি ঈহৌ ঈতিন্না
ঈথক ঈপোম লাংখিবা।
কাওরব্রানে পাম্মুবা। ( কপ্পি )

মোংয়াংনহা— য়েংহৈদরে, পালহৈদ্রে।
মচা হাৎপা মীতম্বান !
য়াইতম্বা নহাক্না
থোকহল্লিবনিদকো !
নঙদা শিজখরোবা !

( হায়দুনা মথবাক্তা খুদুম্না শুদুনা লোমাঙ্.ননা তুখি )

ভাভোইলেম্বী— রাপ্পক অদু ভাক্লবা
নঙ.গী ভাভোই লাকচরে।
পিগী তুরেল তোর্ব্বান্দা
মীংকা মীংকা মীচ্চানা

অয়োইবগী মীৎয়েংনা
পুন্সি য়াথৈ-নবা
ভাউথ-মিন্নরসিনে
য়াইবি য়াইবি য়াতাইনা
খুৎকা খুৎকা পান্নোইনা
পিগী ঈচেল ভুংইনা
খমুং ভুয়েন লান্নবা।
নঙগী মীৎয়েং অয়োইবা,
ঈখোয়াংনা ভাইয়িবী
নুরা ভাভোইলেম্বীবু
'মুক্তা চিংনা য়েংলকখো।

( শাকবা য়ান্না তপ্না মমীৎ পাংথোক্লকই—অনীমকী মীৎয়েং মীচ্চানৈ— অতৎ-অথম নৈতনা তম্বংলাইজা শিন্থনৈ — শাকবা তপ্না তপ্না মথুৎ থাংগৎলক্না )

শাকবা— নুরা ভাভোই ইরাংলোন !
( ভাভোইগী লেংবান্দা কোল্লগা )
পুকচেল চাউবী থান্নিকথা !
ওঃ— !

( মমীৎ উইশিনখি—ভাভোই নোংদোন্দা য়েংলগা )

ভাভোইলেম্বী— খোয়নৌ নঙগী নপান্না
থংলেন খোংগল ফংজরে।
কোরৌ নোংথোঙ হাংদুনা
ভাইবিরম্মু ইভায়োই।
( কিসুংদগী হৈরাং লৌথোক্লে )

শাকবা— নুরা ভাভোই হাং রম্মা !
ভাভোইলেম্বী— শাবি য়াজা [illegible] বা।

( মৈরাংনা থম্বোয় লাইয়ুম খারমনা তুথখ্রে—মোংয়োংনহা
খোংগুন চাতুনা হৌগৎলকপদা ওইরিবা মতৌ উয়ে )

মোংয়াংনহা— ঈবায়রে, তাইবংপান,
নীংন-সুংশিনবগী
খিংঙমগ্রবা ঈচেম্না,
তাইবং পুম্বা ঈবায়রে। ( মুম্না য়েংলগা )
হা-হা-হা-হা-হা ! সুংশিনবা !
লৈপেম্বগী লৈশেমদা
খিংঙম্রবা সুংশি-চেল !
নঙগী ঈচেল ঈথিনবু
খিংগদবা কনানো !
য়েংউ, য়েংউ, হোৎনংপা,
মীগী মচা মীচাবোক,
পাঙল শোনবী সুজাদি
সুংশিনবীদমক্তা
য়াইবি মাঙবা ঙমখরে।
নপুকথোক্নী নচাবু,
য়াইবি লোবা ঙম্নবা,
য়াইতম্নব নহাক্তি
হৌজিক ফাওবা শিহিক্তি,
হা-হা-হা-হা-হা !
হৌজিক ফাওবা শিহিক্তি !
শাকবা, ঈপার, শায়োন শাকবা !
(হায়রুবা মীরাক্তা থুদুনা কয়া কমা ওরগা মালেমথক্তা য়াভাখি)।

হাইগ্রিনদ্রে।

